# লীলাদা চংগদবা মীশিং

নুপা—

১। মাধব —ইমাকথুনবা অহল অমা।

২। ইন্দু —মাধবকী মচানুপা পব

৩। ইবোমচা —তোমী নুপা।

৪। নন্দ —ইবোমচাগী মচানুপা পাথং।

৫। শেখর — " মমাংগী মচা পাথং।

৬। শ্যাম — " " " পাথংমচা।

৭। ধর্ম্ম —অহল অমা।

৮। কর্ম্ম — " "

৯। খোকা —মাধবকী ইমুংদা লৈবা

১০। থাবোদ অমা

নুপী—

১১। জাহ্নবী —মাধবকী নুপী।

১২। প্রেমিলা — " মচানুপী।

১৩। তম্থৈরৈ —ইবোমচাগী নুপী।

# নিঙোলগী মমল

## অহানবা অঙ্ক

### ১বা দৃশ্য

মফম—মাধবকী য়ুম মাঙ্গোল।

মতম—অয়ুক।

(প্রেমিলা ইংলিসকী খবর অমা পায়রগা চংলক্লি। মাঙ্গোলদা টেবল চৌকি লৈ।)

প্রেমি—(রাখল তৌদা) হে অহল মথোং চাদবা অশোক্কা রাইদকো— ইমাগবী মতৈগী মচিন্তা মচা লোইদা উবনে ঐখোয় পাবুংগী ভামোগনা শক কনবীনি হায়রদা নুপা লিশিং কয়া চাইথিবৈদা মচা মরোংঙ্গ. হৌ. -হৌরে. হায়দকাসি উবিদিগে।

(অহাংবা অভিয়াদা নাইতোম পাইবা চেক্লা অম, য়েংলগা যোইশাউননা মচিন্দা অম্বা হাবৱকই।)

শংবারবা অভিয়াসিদা নাইতোম পাইব চেক্লা-ও, লাইরক থীবা মিয়োলিক্কুম নম্পংনশিঙ্গা কনা, লৈজরোই— কুমশী যোংযো লাক্লিউৈ, মতম পোক্লেদ শাওযো, নচু-ননাম পোক্লি। লম্বাইদবী চেক্ল-ও—

(শেখর চংলকই, মকেক্তা থুদৈ অগা য়েংলিংকুমিং-খোঙগ্রাওদি অহুম নাম্না শেংলি, শাভুী-বালানি। ডাহনাক লেপ্পশা প্রেমিবু য়েংহনা লৈ। প্রেমিনদি শেখরবু উরমদে। মাশী চোইরোন্দু অহুম শমথরকই)

মসন্তুশী য়েম্বিংবা কংপ্রগা, কোকিল কনাগু পাইথক্লরোই, লাংওন অমা ওক্লমদাই, থুম্বা চৈঙ নি:শিংনক— থম্মোয়দা থুংভুম্বা ওননি। অচাও-রাশং অকমবদা, অকৈ চৈরাক অচেংগা, মিয়োল শাইরি ভংলেকো—

শেখর—(বাখল তৌনা) অম! অংল ম.থাং চাথিজ্রেদা—

প্রেমি—(হৈথং থংনা) আ— অপোর্কদা অহল মখোঙ চাক্রিরৈগিদা অদোমদা করবা মখোঙ চাদবা অহল অমমুক্ত খেঁনবিক্ত-রিমযো।

শেখর—কদি য়াবদদি, মখোং চাদবা অহল-নম্মর হন্দোকপি-বমম্মা ওন্থোক্লা বারবিদা—

প্রেমি—মম্না কঁনা খাংদি। কুপ্দি তৌনা অপাবা চেক্লা

মমা— মাইস্নাম ও'বী জাহ্নবী দেবী

মমুং— " ইন্দু সিংহ

লৈকয়— লুক্রাম মেজর লৈরক।

প্রেমি—(শাউনা) খবরদু অমুক্তা য়েংজগে। (প্রেমিনা শেখরমগী খবরদু লৌরগা বং বং শেগাই।)

মাধব—(ওক্লা)ইয়া য়ে উ য়েংগে হায়রগা!

প্রেমি—(শাউনা) প্াবুংগা তামোগনা ঐবু লুকমাইদা হাপত্তুনা য়োনথিরে। ইনাক থুনবা মাধবকী মচা নিঙোল শা-বণ য়োনবগুম য়োল্লে হায়রগা পাবুংগা তামোগগী মায় কয়াম পাক্তদোক্লিবনো? ঐদি মুম কৌবকা প.জরবোইরে।

খোম্বা—হোম্বদা ইবেম্ম', মখোয়গী কিত্রি প্লান্নিং হায়বরা লৈবো, অতাং মামদনদগী থিং চল্লু চায়দুনা থংরদা য়েত্তিংদা পাউজেল কয়া তৌরেদনা, মদু মতগী তাখোঙ্খোয়ন্থ মাউরথদি ঐখোয় থুবা ইবুংঙোগী মতৌসিদা মনাহুম কঙনি।

মাধব—পতগদুনে সুপীমচা, মঙোন্দগী য়াম্না কন্থবী ছুইত্রেংমগী কামিন্নিদগ্ন লুপা চান্মতা মরোই। সম্পত্তিগ্ন চাংগুম্বী, শক্তা হায়রা মপা লৈতবী ইচাবু হাত্নুনা য়োনগদরো? কারদে ইজ্জৎ হায়বসে লৈবা কংবা নত্তেকো।

প্রেমি—(শাউহনা) অা— পাঙ্গী-বালা, নখোয়গী লবাই চ.মদগী

মুপা অমতা তাথিরকউ। ঐগী থবায় শিন্নজুনা লৌমী মুপাহুগা লৈথিন্নহগে।

(প্রেমি শাউনা ইমুংদা চংখি।)

জাহ্নবী—করিনো মথোয় পাবুং অঙাওবপা মান্নহুনা অঙাং অসি মাঙহনগদৌয়ে। নখোয়গী মওংসিদা অঙাংসি শিকম নাফম খঙলরোই।

ইন্দু—হেরা ইমাসিমা! ঙৈকাইহুনা তৌজন্নিবনি, করি তৌবগী শিগদৌরবা, কৈদৌবগী নাপদৌরিবনো?

মাধব—(শেখরদা) ইবুংঙো, নঙগী তাখোন্দগা ফৌ অহু হোজিনবা তৌরুরো। থুন্না মখোয় মমা মচাগী মতৌসি উবদা খোইদৌ অসি অস্থুম অস্থুম লংখংলকদৌরি।

[মাধব শাউনা থোকখি।

শেখর—ঐখোয়গী তাদস্থু অযুক্তা পায়খিয়ু।

প্রেমি—(থোঙজিন্দগী মংক লিখোক্লগা) আ— গাড়ী-ৱালা, •চন্না চা অমুক থাগংচরি। চা ফানবিখোকো।

(প্রেমিলানা শেখরদা মুন্না য়েংই, শেখরনস্থু প্রেমিবু মুন্না য়েংই, অনিমক মিং চানৈ। ঙাইহাক য়েংনবগা মখোয় অনি লৈখোক্লে। খোন্বা নোক্তুনা য়েংলি।)

অঃ, ঐখোয়দা থম্বিন্নমগদৌম্নিবা ফৌ অহু মপান্দা চৌরগা মন্নুংদা ঙাংবা জাং অহু ওইরবদি থম্বিজ্ময়গী কান্নবা থোইনা লৈজে।

(শেখর পাউথুম পীবা ঙমদনা ঙাইহাক ঈকাই-হুংশি য়াম্না লৈ। মখোয়নিগী মতৌ ঙাইহাক য়েংলগা খোম্বনা বাপী বাপাদা হায়রকই।)

খোম্বা—(মোক্লগা) ও ইবেম্মা, পামজবা সনাগী ভেনবা অমদা থাজরকপা চাকথাক্তি নোংমাখাগী মপাল ওইরবস্থু খোইথুম্লনা অতুল ময়োবীরো। পাম্মু মপাম্লবদি থাউনম নপাল চিল্লবস্থু মাপী লৈনমতুনা থম্মোয় মকা লাবগনিয়ে। পাম্মু পাম্মিত্রবদি শরেং খোংবমকস্থু হুমুক থাগনিয়ে। (খোম্বা শেখর নোক্লুনা থোকখি। প্রেম্মি য়েংহুনা লৈহৌই। জান্কবীস্থু লোম্না নোক্লুনা লৈহৌই।)

লাইট অফ

## ২ শুবা দৃশ্য

মফম—মাধবকী য়ুম মাঙ্গোল।

মতম—নুংথিল।

(মাঙ্গোলদা টেবল চৌকি লৈ, ইয়ুংদগী প্রেমিলা লাইরিক অমা পায়দুনা মথরায় নুংঙাইতনা চিন্তাগী মওংদা থোক্লকই।)

প্রেমি—ওন্তোক্লা পঙ্গ্রেমকো হে মৈতৈ সমাজ! অফবগী মতৌ তম্বদি চাণ্ডখংলি। ফত্তবগী মতৌ তম্বদি লৈখা তাৱক্লবগী থৌশিলনি। তদ্বথীরবা মতমগী নোংলৈনা অন্নুম অন্নুম লৈরকপনা নিঙোল মমল লৌবগী চৎনবী অসি লাক্লি—মসিনা মৈতৈ সমাজ অসিগী কৱি তোংজল্লিবনো— নুপী মচা মায়বগী চাং লেপ্লক্লিবা অসিনা কররম্বা গ্রাউন্দা মায়রিবা! মমা-মপাগী নুংশিবদি মচা খুদিংমক্কী মি। অহুবু পোংশক্তি অমত্তা তিময়দে, মওং তিঅদরা পোংশক অনিবু শক্তি মায়বা হায়বসিবু য়াম্নিগদ্রা— মওং মায়বা কনাগী মরক্তন্তু অথোই অহেনদি অহুম মরৈবে। কৱিগুম্বা মমল পীবিননবা লৈত্রবদি নিঙোল থাজবা অসি শিংপা তারব্রা? অপাম্বা নুংশিবগী মমলনা কয়ম্না লেপকদৌরিবা? (চৌকিদা কয়থে) অহুপা মশক মখিংন্তু থঙদবা, লমদমন্তু থঙদবা— পামজরুবা নুংশিরুবা আশাদি মঙোন্দা—

চেক্লা মহাকম্ভু ফাহৌদা খোঙকাপ তেনবী নিঙোলবা কয়য়া লেনগনি। মুংশি হৈতেদকো শকখঙদবা চেক্লাও। (খোম্বা খোক্লকই) এগী খরায়স্তু মানা মহুবিখিবা।

খোম্বা—(কাগী তৌরগা) ইয়ে য়ে ইবেম্মা, মীমুংশি খঙসবা করগা চেক্লানো নবুং খোম্বা মকাজক্করগে হুরানবা মশক য়েংনিংঙ্গ্রেদা।

প্রেমি—তাখোম্বা, ঙসিদি এখোয় অনি সেনেম্মা য়েংউদবা য়াদ্রে। অহুগা লম অতৈ খরস্তু চংলুগদৌরিবনি।

খোম্বা—এখোয় ইবেম্মবু অপাম-মুংশিগী মৈ চুখংপীরম্লিবা মহানগী গাড়ী-য়ালাহু খঙগনি, মা খিক তৌগে। মানা এখোয় ইবেম্মমা লোনবা চাকাহু হাউজ্রেকা হায়রুনা মতাংকা তৌরদনা।

প্রেমি—(নরাওনা নোকফেং তৌরগা) অঙইবৈ হায়ত্রনে তাখোম্বা ?

খোম্বা—নহউবদি লাইরদনা হাতুম হাগ্রবনি।

প্রেমি—(নোকফেং তৌরগা) উ, তৌরিনিয়ে শক্তাদো।

(জর্মশিং ধর্মসিং অনি খোঙ্গান্দা খবর অমমম পায়রগা রারী শারি। মাধবকী মঙ্গোলদা অমুক য়েং, খবরদা অমুক য়েং খঞ্জানমা লৈ। মহু উবদা খোম্বা নোকফেং তৌই।)

খোম্বা—মো হায়বা লাক্লেহে ! করিগুম্বা চংলরবদি এ ডাংনগে ইবেম্মা নত্ত লুমহনা ভাউকো।

প্রেমি—(য়েংহনা) কদায় ? নহাকগী গাড়ী-য়ালাহুগী মপা য়াইবা জাংলো ?

খোম্বা—য়াউ:র ।

প্রেমি—ভাখোম্বদি থংম্ভু থংভদনা—

(প্রেমি ঊকাইদুনা ঊমুংদা চংখি। )

খোম্বা—মতবু থঙকরক্রনে ?

কর্ম্ম—(ধর্ম্মসিংদা য়েংলগা) অদোমগী থবরইবু করি য়েংরিবনো ?

ধর্ম্ম—নৈশাবী অমা য়োল্লি হায়দুনা থবর অসিদা য়াউরি। অদুদা ঐগী ইচানুপা অমগী মৌ অমা নৈকগববন্থু নৈবা মচুগীদমক লাকচরিবনি।

কর্ম্ম—হোয়রনে, নৈশাবী অমা মিলাম তৌনি হায়দুনা থবরসিদা য়াউরিনে। অদুদা ঐস্থু ঐগী ইচানুপা য়ায়া তাওবা অমগী ওকপীসিরা হায়দুনা খিজরকপনি। অদু অদগী চুপাসিদা হংসিরা ?

ধর্ম্ম—(কোদুনা) ও, মাঙোন্দা লেপ্লিবা ইবুংঙো, করিগুম্বা অমতা হংজগে ?

খোম্বা—করিগী ওইরবনো ? হেক্তা লেঙশিনখিরকও।

কর্ম্ম—ইনাকখুনবা মাইস্নাম মাধবকী শঙায়সিবু ?

খোম্বা—মাম্নে মাম্নে, হেক্তা লেঙশিনখিরকউ।

(কর্ম্ম, ধর্ম্ম চংশিল্লকই।)

কর্ম্ম—তাইবুংঙো মাথবপু কদোমদা লেঙখোকপিখিবগে ?

খোম্বা—নৈ, করি থবক্তী ওইরবনো ?

ধর্ম্ম—নৈশাবী অমা য়োল্লি হায়। ইমৌ ওইনবা নৈজগে তৌবনি।

খোম্বা—ঐখোয়গী লৈকাইদা লৈপাবী যোববা হকান লৈতে।

জর্ম্ম—লৈপাবী অমা নিলাব ওই করি ওই তোনি হায়ব্রা কৈনো খবরসিদা হায়রিদো। খুরাম্নু ওকসিগা ক মহুনা লাকচরিবা।

খোম্বা—(কৌয়হুনা) ও খুম্না ইংংচেং. মো লৈবী অংগা লৈপাবী নিলাম ওক্কে হায়বা মুপা অমগনা খুরাইবু ভাবু উনাম হায়হুনা লাকইয়ে।

(মাধব ইমুংদগী থোরকই।)

জর্ম্ম—(ধর্ম্মদা) অংদোম্বু কয়াম ভুনগিবা ভারিবগে?

মাধব—ময়াম ইচাম্নুপী য়েংবা লাকপিবা ওইবব্রা?

ধর্ম্ম—অহোয়। (মকি-মরোল নাংন্থোক্পুনা পো ভক লৈ।)

মাধব—ঐগী ইচাবু উবিরব্রা?

জর্ম্ম—ইবুংঙোসিগা মাঙোলদা লৈরম্বক্ষুদ থরমথৈম উহেবে।

ধর্ম্ম—অরদি ভুঙ্গরগে।

মাধব—য়াম্নি, য়ানি। কিদা সোমদা ভমুক্তা লেপ্পিনবিযু।

(ধর্ম্ম জর্ম্ম মথোয় অনি চৌকি অমমৎদা ফংথে।)

জর্ম্ম—নচা হবেম্মসিবু মভাকা য়ারোইব্রা?

মাধব—(ভক্র) এঃ কয়াগী মভ.!

জর্ম্ম—ভপ্পগী।

ধর্ম্ম—অমা হাপচরে।

জর্ম্ম—অমগা অমুক হাপচরে।

ধর্ম্ম—নিপাল।

জর্ম্ম—মাপল।

মাধব—(শাউনা) মসে কাগী নত্তে। ঐগী ইচাদি তরা কুনগী নত্তে। অহুগা মখোয়গুবা হনুবশিংদবু থাজয়োই।

ধর্ম্ম, জর্ম্ম—য়ে য়ে. ইচানুপাগীমি। হায়হৈদে জোমি জোমি।

ধর্ম্ম—ঐখোয়না ছুপ্তবা দোর অসি অদোয়া ভাব অমা তাংন্রে।

মাধব—(শাউনা) ঐনা কয়ি ভাব তাদবা!

জর্ম্ম—ঐখোয়না ছুপ্তরিবা অসি মীয়ক থয়া তিনবিয়বদি ভাব অহুম মত্তাবিগদবনি।

মাধব—(ওক্না) এঃ!

জর্ম্ম—মপ করবারগী লোমচন্তা মঙা হায়বদি লুপা চাম্ম. তরা হায়রগা লিশিং হায়না থঙনবগী চংব-পথাপি।

ধর্ম্ম—ভাবশু তাবিরবনিনা তথায় হাপচরে।

জর্ম্ম—মাপলগী তথ্যায়দি মরি মথায় তারে।

মাধব—(শাউনা) হেরা চবেং চবেং।

জর্ম্ম—মাপলগা তথায় হায়বদি চাম্মাপল মাগ্নৈ হায়বরি।

মাধব—নখোয়গী নচাহুদি করি করি থবক তৌই।

ধর্ম্ম—ঐগী ইচাদি পৈশাবালি শুরি।

জর্ম্ম—ঐগী ইচাদি সড়ক পায়রি।

মাধব—(শাউনা) নখোয় নখোয়গী মচাহুদি ঐগী ইচাগী অউঙ্গাই ওইবমক কাওবদা মতিক চাদে। হৈখেলদা চৎপী অঙাওবী-শিংছ হায়বিরুচো।

ধর্ম্ম - ছুজরক্লিবা শেলশি অঙাংমক নত্রেদা।

মাধব—(শাউনা) নত্তে, মখোয়গীসিবু ঐবু লকুরিব্রা? মো ওঃয়বা লাকপ্রা হায়ববু হৈ চাজনি।

ধর্ম্ম—ভাংবুংঙোবু শাউবিন্নু, শাউবিন্নু। মানা কয়িনা হায়ববু ঘোক্লিবানিনা খরা ছুমবা হায়বসি মহোশানিদো। অদু সুপা শিশিং মঙাকা তৌজবদি বমদোবা?

ধর্ম্ম—অপাম্বগীনি ছুমহিয়ু ছুমবিয়ু।

খোম্বা—ওসিগীসি মো হায়বা লাকপিবনিকো।

মাধব—(শাউনা) লেঙখ্রে, মসি কাপী নত্তে।

ধর্ম্ম—শাউবিন্নু, শাউবিন্নু। পামজহুনা তৌবনি। অহৈবা অহোনবা হায়বসিদি খরা হায়নবা খরা ছুমবা হায়বহুনি।

মাধব—(কৌহুনা) হাই জাহ্নবী, কাচিন্দগী তখেন থাংহু পুথো-রবউনহে। সুপী মচাপী অনিসে অমুক্তা কয়খগে। (খোম্বা অমুক কৌহুদা) খোম্বা, মঙ কবি ভৌরি। সঙকশম লাক্তুনা ইমখিবা য়াদরো?

(খোম্বনা থপ ভৌই।)

ধর্ম্ম--(ফি'না) মওং অমনিনা!

(ধর্ম্ম ছর্ম্ম পাখৎতুনা চেনখ। মাধব শাউনা লৈ। খোম্বদি অহুম তাম্রে। ( জাহ্নবী ইমুংদগী কিংনা চেঙ্গোয়কই।)

জাহ্নবী—(শাউনা) কম্রি ভৌরমগে ? ঐদা থিং চংচপ্রগে। অদুম্না লৈগদৌ শরুক কনাদনো [অতোপ্পীরা কয়িনো ওইজগ্রগে।

মাধব—ভালো, ভালো। মুংতাইরি মুংতাইরি। মেঙোই নঙগে হৌজিক পূণ্য তাম্মনিনহৈ। শুনিংলপা ত, তনিংত্রপা তোক কুশি ভৌমনি হায়বা। হয়েং মীগী মমুমদা মো অনৌবী অমুক শাকমদা হৌজিকপু আঃ কিরুক থূমহূনা-মৌনৌ শাবা, বৃন্দাদেবী মংথাঙ বাইগা অমুক তৈথংপা, কাম্মদমদা থৌনৌ অমুক লাপকংলমনি কাম্মদেদা পেম্মা। [মাধব শাউরপ্পা চংথি।

জাহ্নবী—অস. মথোয় মপা-মচাগী মতৌসিবু কম্নি মতৌনো! ইনঃ!

(জাহ্নবী মমাই পায়হুমা কমথৈ।)

## লাইট ওফ

# ৩ শুবা দৃশ্য

মফম —চীংয়া তমমা।

মতম —নুংথিল।

(চীংয়াগী লম্মী অমদা শেখর য়াম্না নাম্না শেং চংদুনা চীংয়াদা হোৱা উপাল-বাপলগী ফজবা, ওস্থীদগী থর' হাইথরগা ফোদেম ফোদেম ওইবা মফমদা হানৌনা মজবশিংবু পুক্লিং চংনা য়েংলি।)

শেখর—ওন্থোক্লম্ম ফজরে, ওন্থোক্লম্ম নিংথিজরেদকো, মহৌশা লাইরেম্বী ইমাগী খুৎশেমসে য়েংবগী পেনবা হেক নাইদেদা। লোইরোই লোইরে হৈনবা চীংগী মাপোমদা কৈগী ছাং শুবা কৈশাং তম্লি। খোইগী জাং মথেন কৈদি চুপতুনা কোইনা কোইনা পাইত্থন শাংলিবা কৈরাংশিংবু থোইনা হেন্না ফজহল্লে, য়েংবদা থোইনা হেন্না পুক্লিং চহল্লে। (মাথল তোনা) ঐবু ওলিসি খুরা ইদুংঙো মাথংকী মচাগুপী থেমিবু উনরুসিরা? ঐগী থম্মোয়না হলাকপা মীতাক্রু-রিবা করিগীনো? ঐদি মহাক চাংদমবা য়াবা মী নত্তে। ঐদি লথায়মচানি, লোমীনি। অদুবু মহাক্কী মিংয়েং অমদি বাওংনা ঐগী থম্মোয়বু অয় তৌগে। করিগীনো

মহাকপূ উরুবা মিংকুপ্তগী ঐগী থাখল লৈতাকম থঙ্গ্রিবনা !
মসি ওইখিত্রা শাবী-শানৌশিংগী মুংশি লায়বা হায়বহ্ন !
(নিংঙবদনা) হে লাইরবা, ওয়্হোক্লা তোনংঙ্গ্রেদা ! করিগীদমক
পানখিরম্বগে উনবা মিং, ঙাননবা মা। শেম্বীরকপা মপূ
নহাক্লা মসিমক্তং খুংবিরমত্রবদি ঙসি চাক্লিবা লৈসি
চাক্রম্লোইদকো !

(খোম্বা, প্রেমি য়াম্না কেনা লাকই। প্রেমি সন গ্লাস অমোক
অমা উপ্পী, নাক-য়েংঙ্গা কোইবা কোইনা লমদমসিগী কজবশিং
য়েংই। শেখর অমম্বং প্রেমি শক উয়দবা মায়োক্নমা মাইকৈ
অমমদগী লাক্লে।)

প্রেমি—ত খোম্বা, ঐদি খুংঙাইখিদ্রেবো ঙসিগী দৃশ্য অসি
য়েংলুরগা।

খোম্বা—করি তৌরবগে ইবেম্মা ?

প্রেমি—নহানগী পাড্ডী-থালাহ নিংশিংলকইবা।

(প্রেমি মমা'দা মী লাকপগী শাহুম ক'হুনা য়ে'লুবদা
শেখর ওইরম্বদা ঙক্লা য়েংহুনা লৈবা। শেথরস্থ থরা মঙশিল্লগা
মুমা য়েংহুনা লৈবা। অনিগী মিংকম হোংবদনা মিংচাল্লহুনা
লৈবা উবদা।)

খোম্বা—ইবেম্মা, নহান ইবেম্মনা লোনখিবা চ দো ঙসি ঙায়েন
হৌরে।

প্রেমি—তাখোম্বা, নহানগী পাড্ডী-থালাহ্ন নরেব ?

খোম্বা—ঐহোঙ্দা অমুক হংখিরবো, মশাগী মপোংঙি মশাঙদা থঙগদবনে।

প্রেমি—(মুখ্না য়েংলগা) আঃ, মিংয়েং চুম্না য়েংবিয়ু, মিশান চুম্না থাবিয়ু। মমাংদৈদা আর্জ্জুন্না মিংয়েং চুম্না য়েংহুনা মিশান চুম্না থাহুনা লক্ষ্য ককখি। মহুপা লোয়ননা লতী দ্রোপতিবু ফংজখি।

শেখর—(তক্ক) ও ইবেম্মা যেম সাহেবনিনা! মমাইদি মহাভারতকী অর্জুনগুম মিংথৌ কোন্দম্বু পোকচদে। অগংপু লীলা শাম্নিবা ঐনম্মারমগম্বু মঙ্গ ওইহৌদে। লক্ষ্য কক্লনবা দ্রোন গুরুগী অচানবা মনাই অমম্বু ওইহৌদে, লীক্‌-ভেমম্বু লৈজদে। লাইরবা পাখংগী লৈজবা হায়ববু মিশান থানবা করাম চাউরবা বিশ্বাসিতমক মতাইতে।

খোম্বা—(মোককেং তৌরগা) ঐখোয় ইবেম্মদে ইবুংঙোবু মাম্না পোম্বনিকো, মুংশিবগী মখোঙদা পামজবগী মওংদা হায়খদি থঙদে। ঐগী পাড়ী-বালা, ঐগী পাড়ী-বালাদা হায়হুনা মবৈশ্রবনি। (প্রেমিদা) ইবেম্মা প্রেমি, কবুং পাড়ী মনাক্তা লৈরম্গে। [খোম্বা চংখি।

প্রেমি—অপাম-মুংশিগী লীচিংবু লাইরবগীনা কবম্বনো? ইমাক খুনবানীমা কদায়নো? মুংশিবদি খম্মোয়ত্পীনি। কাগীগী বাহৈনা ঐবু ঈকাইবা অমুক পীবিহুনা ঐবু লংনখিরছু।

শেখর—(মোককেং তৌরগা) প্রেমি, কাগী মতেনে ঐদি লবাই

°াথংমি নথাক্তি সকম মিঙোলমি। ইমাক খুব্রবীমি,
লাইরিক হৈবীনি।

প্রেমি—লম্না লম্নাই ইম্ফাল্ থাইদবনি। এমা মহৎ মিঙোল অমা ওইরবস্থ লৌউ-শিংউহুনা চামিংবা এক্সাং ইখোলদগী ইথুংনা তেক্লপা চাবগা অহু এগী অপাম্বনি।

শেখর-সনাগী শজিবু কামিংদবা, মণিবু মৈহৌদবা অঙ্গংনিদা কমা লৈগদগে? অহুবু এমা লাইরবা মচা ওইবমা ইবেম্বগী যমল শীনমবা লুপা পৈশা লৈতবমা লাইরবা শেখরগী ইতিক ওইরোইনে প্রেমি।

প্রেমি—(শোম্লুনা) ও, শেখর! লাইবক ম্রিগী এগী মরম্বক্লুমক্তি থোইনা থনহিক্ৰু। কৌব্রা ইখোলা যক্লোপ হেক থমদে কণীবু।

শেখর—(ঙক্লা) এঃ! মহাক লাক্লগা এবোয়না কদায়দা?

প্রেমি—এগী যমল থিঙ্গবা ছুংদা এমা লিক থুঙ্গি থুগায়রপা হন্দুতাইদনা।

শেখর—থাদি থাজবিত্রেম্।

প্রেমি—থাজবিয়ো থাজবিয়ো। মখোয়গী যুবদা চংলগা অহল-লম্মনশিংদো থুক্রমজনবা মুমিংস্থ অমুক্তং—(মথা তাদে)

শেখর—(ঙক্লা) এঃ, এদি যুবস্থ শাজি বা! এমা অসিদা লৈবম্লিবসি যুমগী মপোক্তং বৈচ থম্রা থিক্রবনি। প্রোম নঙ বাগমি, এগী বাবীস্থ য়ুমা তাখো।, ইপা ইমামা

ইনাও থমগা ঐখোয় অনি হুন্দোকপিরম্লে। হৌজিক ইন্দোমচাগা খুরাতোনগনা য়োকপিরবনি। মখোয়গী মথং থানা লৈ হায়দুনা মুংশিন্নরবা ইনাও শ্যামসু মমিং তাংখনবিরে। হৌজিক, ঐখোয়বু অমুক হান্দোকপিরে। নত্তেং পাংবিনসু কনা লৈরোই। নহাক য়ায়া য়াগনি।

প্রেমি—(পাউনা) হায়জৈ হায়বগী কতিক চাউবিরে। লেম্না পীবা মণ মরা য়াউদে হায়বগুম খল্লুরমাল্লে। পংভাং ভাংলুরে থায়োবিন্নু।

শেখর—ফরে, অশেংবা হায়রবসু ভায়োম্নবা সমাজ অসিদা থাজবিরোই। হে সৈত্য শিরে চংলে অচু মঙাইরে নতদদি— (নোক্লগা মথা তাদে) চেন্নাওবা থুমিংসিন্না হেক মরাক্লগে। নহাক শোয়রমুকো।

(অথাম্নদগী হোয়োন খোংলকই)

প্রেমি—ওন্হোকপগী মীনি হোয়োন অমুক খোংলক্লে।

শেখর—গাড়ী য়াঊবিরকপরো?

প্রেমি—অহোই, অমুক থরা হাঞ্জরম্লগে।

শেখর—কনি য়োবিরম্লো।

প্রেমি—হ, ঘুম থভবা ওইনা থিজরম্লগে।

শেখর—ঘুমদা অমনিদা জৈকাইদা।

প্রেমি—অহৌনে থরায়না তাজরিবসে।

(প্রেমিনা শেখরবু চিংহুনা পুথ।)

লাইট ওফ

# ৪ শুবা দৃশ্য

মকম—ইবোমচাগী য়ুম মাঙ্গোল।

মতম—সুমিদাংবাই।

(মাঙ্গোলদা মোয়া অনি চাইদা চাইনা থাহুনা লৈ। শ্যাম মমিং ঊদ ঊদনা বালটিন অমা পাহুনা ইমুংদগী 'য়ায়া' য়ানা থোরকই।)

শ্যাম—লাইবক থীংগ্রবকো ঐগী পুন্সিসে। ঐনা ঔশিং শোকলুমি লায়হুনদি ইমুংদগী থোক্লক—অহুবু পুথ্রিবা কদোমদা—ঐগী পুন্সিসে মুংশিদ।—(শ্যাম্না দাড়ী কুমথবদা মখোঙ কালহৌদহুনা ভুশিল্লে। মথুঙগী বালটিন্দু থবো থবো ওৎহল্লে। মহুগী মখোল তাবদা তখেল্লৈনা শাউনা ইমুংদগী থোরকই।)

তখেল্লৈ—হাই নমিংতু ঊদয়ো? ঔশিং শোকলুচো হায়রগা বালটিন্দু অমুক লংখোক্লিবা। নথিবোংদি পুথম পুথম হেক মকৎপা।

শ্যাম—(লোগংতুনা কয়গা মথুং মায়গা) ইন্দোমচা ঊদ ভুশিল্লিবনি। বালটিন্দুবু কদোমদা চৎগ্রবগে?

তখেল্লৈ—বালটিনবু মখোঙ পান্দুনা চেবয়ো? ঔশিং শোকলুচো, হায়রগা ঊইগা ঊদেগা। নথিবোং চাবদবি তারো থক্‌ম হায়নদেংল

থিবোংদি মোমা লোগায়রদা কুমলাং ময়গুম্মী। ময়া শিংগৈগজন্নুনা নয়া? লৈশা অমগী মান থমথবো হা? শক্তাশিগা।

(তথেৈরে বালচিন খুরুমজেপা ঊৈখিং শোকপা চৎখি।)

শ্যাম—(থম্মোয় শোক্না) ইন্দোমচা! মংম্মরগী অমম অচালমা উক্লবদা বালচিনদু মথোঙ পান্দুনা চৎরে। (শ্যাম মথক্তায় খুংচাইদুনা চাক্ৰী কাথংলগা কমছনা লৈ।) পোকচমদনা পোক্কুনা মীওইবগী মপোক্তা শ্যাম ঐগী পুক্নিমা কল্লিদা খুংঙাইখিবা!

(থম্মোয় শোক্না ঊৈশে শক্লকই।)

ঊৈশে—

ঐগী পুক্নি খুংশিবা!
ঐগী পুক্নি খুংশিনা—
থিথিগী লোংদক্লা থাঁনা ওমথ্রবোই।

(শেথর চংলকই, শ্যামগী ঊৈশে তাহনা যাক্লা চাক্লা থ-লাম অমতা শাংদনা লৈ। শ্যাম ঊৈশে অদুম শক্লি।)

ঐগী পুক্নি খুংশিদা!
মপোক লাংওম এজবোই।
ওক্লে ওক্লে তাইবংপান।

পদেল্লু চৈথা মীচৈথা,
ইমাবু তোইনা পল্লগা;
ইপোক মথৈ যাক্লবোই।

শেখর—( থংম্মার শোক্লা ) শ্যাম! করি তৌরে?

শ্যাম—তামো!

শেখর—করি তৌরে? অচুক মথরায় শোক্লা নমিত্তগী নপী শিন্থরিবদি? কনাম্বা করি হায়রবগে শ্যাম?

শ্যাম—কনানসু করি অমত্তা হায়দে, থবায় চুম্না মুংঙাইজদ্রুন তৌবান। অদুগা ইশ্বোমচা পুথ্রিবগী কাখংলকপ্রত্রা?

শেখর—কারক্রি, করিগীনো?

শ্যাম -(লোন।) ভুম্থিম্না হায়:গ, ঙসিং চাক চারুরমুকো; তামো ঐস্থু চাত্রে।

শেখর—করিগী! ইশ্বোমচানা পীজত্রবা। চাযনু হায়ত্রা?

শ্যাম—হায়দে, ছ হাপথ্রে, ঐবুম্থু চাউ য়াদে হায়দুনা ফুরিবনি।

শেখর—নত্তনা পঙচিংদা চিংনদুনা তৌরিবনি। করিসু তৌরোই চাক্লরে:।

শ্যাম—তামো, ঐবুদি নাম্বা শোয়রবনিনা সংসার অসি থাদোক-থ্রবসু য়াত্রে মচাক্লবগে, তামোদি চাক্লমু—ঙসাই থুরা-তোনগা ইশ্বোমচাগনা লোম্না ঙাংনবদা তাহৌবনি। থাজদবা তৌবিগনু তামো।

শেখর—(য়াম্না চাক্লা) শ্যাম! (শেখরনা শ্যামগী মচিন মেলি) ইশ্বোমচা লাক্লে।

(তখেল্লৈ বালটিন অমা য়াল্লদুনা চংলকই।)

তখেল্লৈ—(শাউনা) মথিবোং চাউ হায়বা য়াপ্লগা নয়াম্বা অহুনা করি অমুক তমশিল্লি হা? ইমুং কায়ননবা শিল্লিত্রনেহে।

নমা পিগৈজন্দু লাক্কুনা কল্লিন্দু চাবিররোই। চজিক কাদো চাখোকচো, লৈবিরন্নু হায়বন্দু ময়াদে। ঐবু নমা পিগৈজন্দু ওইরবোই নিংবরো হা?

(তখেল্লৈ শাউনা ইমুংদা চংখি।)

শেখর—(খম্মোয় শোক্লা) হন্দোমচা' মচুমক—

শ্যাম—তামে, ঐখোয় তোংঙান চায়সিবা।

শেখর—লৈরগনি। (ইবোমচা চংলকই)

ইবোমচা—ইমুং অসি অমুক থুগায়রিবরো? মোংমতা হন্নাউ হন্নাউ লৈতবা মচিন-মনাও অসিবু, নত্তে করি থাতাংবি-বগে হা?

(তখেল্লৈ ইমুংদগী শাউনা থোরকই।)

তখেল্লৈ—নখোয়না হৌজিক চাংনববু তোংঙানা লৈরসি হায়বা—হিঃ নখোয়না তোংঙান লৈরগা ঐখোয়দি থাক্লগদ্রা? এদি নহাক্না লৈখিরগদ্রু হায়রিবগুনি। নখোয়নদা মখায় পান্দনদুনা লৈবিরিবা নত্তরো? থ য়াম্না তাংখবা পামদ্রবদি তোংঙানা কোকহেক শঙলেদন, মখিবোং চাউ হায়বা মাত্রগা ময়াম্বানি হায়দুনা তমজবা শ্যাম—মচুগী নম্বান্বা লৈবগুম্বা এগীন্দু খুপা লৈরে, খুপামচা লৈতে হায়দুনা থাং-লাকপোং নত্তে।

ইবোমচা—হাই মিংতাংবা, হাইমীরৈহং! থরিগীনে মংখা মখিবোং চাত্রিবরো?

শেখর—(খঙোর কাবনা) খুরাঙোম, অঙাংসিনা মশা মুংঙাই-
থুনা চাক চরা অমা চাদবগী লৈখিত্রবা ইমা ইপাহুবু
চিংখোক চিংখোক্কুনা ঙাংশদবা ওইরবদি ইপানা থনবা
ইঙোল অসিদা কক মচেৎ অমা খল্লগা লৈজকরগে।

ইবোমচা—(শাউনা) অহুনা রাই শংলনি।

শ্যাম—অহুদি ঐখোয়গী পোৎ মথৈ লৌথোকখিবা ভারেদো।

ভথেৈম্ল—ছি: নখোয়গী মপোৎ কৱি য়াউহুনা, তৌবা ওস্নীরেদা।

শ্যাম—খুরাঙোম, মুপা মশেল ঙাংনবদা ইন্দোমচানা কৌমান
য়ানবসে খুরাঙোনগী মায় কয় পক্লোইদা, ইন্দোমচা
লোইশিনশিনবিয়ু।

ভথেৈম্ল—ছি: কৌজরেদকো, কৌজরেদকো। মখোয়গী করি
য়াউহুবা নখোয় নরিম থিৎপমথৈ শাউবিগ্নিবসিবো।

শ্যাম—হিদান অহুম, পুখম মঙ্গি, তেঙ্গোৎ মঙ্গি, ছেক অনি,
অলমেরা অমা, চাকথোংতেক অমা, চাইশেন অমা,
খুজাই অমা, লৌ শঙম অহুম, মণ লাবা পোম্মা, মসিদি
লৌদবা য়াদে।

ভথেৈম্ল—নখোয়গী লোই ওইরো।

(ভথেৈম্ল শাউনা ইমুংদা চংখি।)

শেখর—ওইদৌখিবনি। ফৌ অসিম্থু ঐখোয়গীনি। নখোয়গীদি
কৌ ভম্নীদা শঙম অনিদমক উবনিনা লৌশান ফৌপোৎ
নিপাল চংখিবগা খুরাঙোনখোয়না তাইখিবগা অমত্তবু

যাউত্রবনি। অহুবু লৈমিন্নবনিনা ভখায় অমনি থমজং ময়গে।

ইবোমচা—হয়েং কোংখোকচখো।

শ্যাম—তাবো, পোৎ মশীং থিরম্মু, কৌম্ম খুংকম থজনা থনম্মু।

ইবোমচা—য়েংজকুর্চৌ, য়েংজকচো।

শখম কন্নি তৌবশী থৈংদোইনো, তৌবদবু অসিমথৈথি লৈ হায়বনি।

ইবোমচা—(শ্যামদা য়ুম্না য়েংলগা) শ্যাম, নখোয় তোংঙাম্না লৈবদা মতাঙ্গেন?

শ্যাম—নচা ঐখোয়না লানবা চাক্তনি। ঐখোয়না ইন্দোমচাগা খুন্নাতোমগদা য়েংশনে হুংঙাঃত্রে।

শেখর—খুন্নতোন, নচা ঐখোয়না লানবা চাক্তনি। ঐখোয়না লানখিবা পুন্নমক চাকপিয়ু।

(শেখনা শ্যাম্মু শমহুন্না অহুম চংখি। ইবোমচা য়েংহুনা লৈহোই।)

# লাইট ওফ

## ৫ শুবা দৃশ্য

মফম—মাংখবকী যুম মাঙ্গোল।

মতম—নুংথিল মুমিদাংবাইরম।

জাহ্নবী—(নাহেবা) অয়ে, অয়ে। ও, ইমা শিরে, ঐ শিরে, ঐবু ভাইবংপানসিদা অমুক হিংবা ঙমখিরবে? অ, অ— (ঊশৈ ওইনা নাহৈশৈশক্তা শক্লকই।) শাবী ইবুংঙো নুংশিবা নংবু লমদম কৈদা চংকবদোনে? (নাহে বাহৈ ওইনা) থাইনা মমাংথৈদা ঐখোয়না লৈশাবিথৈদা শক্লবা থুমং ঊশৈ হায়বদো নুংশিদা হৌজিকালগী ঊশৈসিদি শক্লিংঙাই লৈত্রবামে পাম্খোক মপান কাউরা বাউরে, (প্রেমি ইমুংদগী থোরকই। জাহ্নবী ঊশৈ ওইনা অমুক শক্লকই।) ইশাবী ইবুংঙো নুংশিবা, নশাবী নমান মচাদি সংক্রান্তিগী থোইদিং কংহৌদহনা ভাউবা হইবু ওলে ওলে নুংশিবা।

প্রেমি—(নোক্লুনা) হৈমা! ইমাদি নাবা হন্দোক্লুনা থুমং ঊশৈ ঐরাইরিবোইরে। ইমা ঐঙোন্দনু থবা তগীনুংশা।

জাহ্নবী—(নাহেনা) ইমা, শিরেনে—অয়ে, অয়ে— ঐখোয় ইমুংদা লৈরিবা মীশিংসে ঐবু নুংশিবা মী অমত্তা যাউবা নত্তে। নাইমা নুংশিখিত্রেদবো।

(ইন্দু থোঙ্গানোমদগী চংলকই, মাধব ঈশৈ ওইনা শক্তুনা থোরকই। ইন্দু প্রেমি লৈথোক্লগা মমায় থুমহুনা লোক্লি।)

মাধব—(ঈশৈ ওইনা) নুংবো থাদে কমলিনি।

(থঙলাই লাউথংলম্লগা ব'হৈ ওইনা অমুক চায়রকই)
শিবি হায়বগীদমক্তু কারি তৌবগী ঝাক্লদৌরিবনো ঐখোয় লোইনমক শিখিনি হৈ·শিংবা কনাস্থু নিংথৌরোহয়ে পেন্না, মীওইবা ঐখোয়না বাবা নাবা চায়তুনা নানরিংমে শিবনু ঔবাইনরিবনিনে। ঐনা ঐনা শিঙবা, ঐনা এনা নিংবা নিংবনু মথুংনরবদি করিগী ঝাজক্লগদগে? ঝাক্লনু পেন্না, হিদাক-লাংথক থবা তৌওগা মরাইবা কনান। নচা-ইচা অমতা শেয় স্নবনি, নাবা ঝাবা নত্তে। (মে বা চিংশিল্লগ' কয়ই) পূক শুরগা ফংদবা অ'কলা? (পূক অগে ভোই)

জাম্বুবা—মখোয় পাবুংস্থু মায় থিং থক্লকথিংদা চৈবাইবগী মথেল চাহৌদ গী থরগা থোইদো শ উপংংনে।

প্রেমি—(শোন্দুনা) ওসি চৈয়াউব—

মাধব—করি'বাবেহে, মসি নুপীসিমা লৈশাবী মচ'দোন' না'রুরা হুন্দোক্লগা ওইনবগা করিগ'।

জাম্বুবী—অদোমদা অমুক পুখোক্লুনা ঐবু উং অমুক চাইবিররনু পামজে। ঐহ নুপা ঝাং-লাকপেংত্তে। হুইক্রোমগী তাচাং থোইমদা অমুক চৈজক্লরগে শোকপীরকনু।

মাধব কায়েদদা পেম্মা, হুইদ্রোমগী থোইবা হায়বদো মূগী য়াঙ্গোম অমা পায়দুনা— মচা-মগুনা লৈথিক-লৈরাক থমা লৈরিবনি। মীগী ইমুং কায়নববা তরেং লৈথীমচিংবা মহৈ অমুক থিদিংগে মতম কয়া অমা লৌখিনি। মগুনা থোইবদা অমুক লৈরগা মো ঙনৌবী অমুক শাবদা নকোক তাং-শিল্লক বৃন্দাদেবী মথোঙ তৈবদা য়াকচিংদা মথুং কায়শিল্লক, কাম্নংগদা হুনুথংদা নমোব হল্লরদি ঙ স্কবী।

(শেখর চংলকই।)

মাধব—(শেখরদা কয়ি থবক্তী?

শেখর—থুররইবুংঙো অমুক্তা উনজনিংহুনা।

মাধব—হাই মূগীমচা কিদা।

((প্রেমিনা চৌকি চিংথোক্তুনা থাই, শেখর ফম্মী।)

শেখর—থুরাইবুংঙো, ইন্দোল-হেম্মবু ওমদরা?

মাধব—হোয় ইবুংঙো, নন্দোল ইবেম্মদে নারমে কায়হুনা তৌরিয়ে। অমুক্তোইবা চংলগেগা, থোংলগেগা, অা, হুইদ্রোম থোইবনা হাইরেগা অমুক্তোইবা লোইরবনি নন্দোল ইবেম্মসে। ঐবু অদুংদা পাপ্রাকা হায়বহু ওইহৌদৌরি। নত্তে বহাক্তা লাকপদু কয়ি হায়বগে?

শেখর—ঐথোয়গী থুংলাত্তোয়া ঐথোয় ইচিম-ইনাওবু ভাপ্তোক্তুনা পাবুংনা থনগা ইম্মোল মচি অমদা থন্দুনা লৈজরিবনি। লৌম্ ইম্মোলসু অমত্তা পীরবোই হায়দুনা অমুক ভাত্তে।

থরকম থঙনদুনা খুরাইবুংতোগা অমুক্ত' ওঁ'মঙজনিংঙুনা লাকচরনি।

মাধব—ইচাসিদি কবিবু তৌগবনো, শাউনি তুনা তৌবা মঙউ-রিনি। ঐ মোংমা লাক্লগা অঙাংশি'দা অতুম তৌ'বা থৌনত্রা হায়রগে। মীবু উচেক-কু যাদৌনা পাইদুনা কৈংগু য়াবক্লো ইচাসিদি। নখোয়গী ভাইবুংতো ইবোহলকা লৌ-শিংবু কল্লাও থনস্লগে?

সেখর—লৌ পরি অমগ' ইঙ্খোল লৌখায় অমগা থনম্মি। লৌ শঙম অমদি পাবুংগা ইমাগগী কন্দা চংঙ্গে। লৌ শঙম অতুমগা ইঙ্খোল অসিগা পীরগোই হায়রিবান। (প্রেমি ইমুংদা চংখি।)

শেখর—নহান লৌশাল থিনবা লকপ মুমিং অদুদা ঐগী ইনাও অতুম্বু মমিং থাংহল্লে।

মাধব—মতৌ করম্না!

শেখর—ভিখং-ভিতলাং যাম্না লৈবা কোম অদা ইস্থুনা।

ইন্দু—ইস, কত্তেদা। (প্রেমি কি মক্লোম পায়রগা শেখরদা চঙ্খিং তৌরম্মী। অদুগা কিরুক মিরুক য়েংলগা খোঙ্গাক্লে মদা খোকখি।)

জাহ্নবী—(মখোল থিক্লা) কত্তবা মী হায়বদুনি। মখোয় দুংতাইবা য়ারোই।

মাধব—মখোয়না পঙতৌ তৌগা, পঙহায় হায়বা য়াবা নত্তে,

অচলন' থনবা লৌশিংদগী থোরকপদুনা চামিন্নরবদগী থারদোক্লকপদদা শাউবিংদুনা পন্থলোম লোমলিবনি।

শেখর—থুরাইবুংঙো অমুক যৌনপ্রপে। (ইন্দুনদা) বাবু অমুক যৌনপ্রপে।

ইন্দু—কনি লেংবিরো।

মাধব—যৌরো যৌরো, মচাক্না পদুদাই হায়বা যাব্রো ঈচাসিদি।
· (.প্রমিনা থরা চংশিল্লগা চেপথদুনা য়েংলকই।)

শেখর—হিন্দোল হিবেন্দা চৎচরে। নাবা কয়োকো।

জাহ্নবী—যৌরো যৌরো। (শেখর থোরকই, হেক থোরকপগা প্রেমিনা থুনা চিংদুনা চৎথি।)

মাধব—মচবু কনি ভইনা উমজ্রিথনোনে?

জাহ্নবী—(শ উনা নাচেদুনা) লেংহৈবা, থিল্লিব', (নাচেদুনা) অযে, আ-অ, শিয়েনে যর পীরমদুনা তোমায়ে, ঐ কৈনো অমা তৌয়ে। আ-অয়ে, অয়ে— শিরে।

মাধব—(পাথংনা) হাই হাই জুপাযচা, নমা কল্লিনো অদা তায়ে। ডাক্তর অমতং, ডাক্তর ডাক্তর।

ইন্দু—(পাথংনা) অহুদি ডাক্তর কনা— (হেমিলাদা) হাই জুপীযচা, প্রেমি গাঙ্গীগী শো, শো। (ইন্দু পাথংনা ইমুংদা চংথি।)

মাধব—জাহ্নবী, মচনা তৌরিবা মতো অসিবু কনি মতো কৌবগে! (ইন্দু ইমুংদগী কিংনা থোরকই।)

ইন্দু—(ফিংবা) পাবুং, পুসীবচা লৈত্রে।

মাধব—মাসী কাদা য়েংউ। (ইন্দু ইমুংদা চংখি।)

ইন্দু—(ইমুংদা) পাবুং লৈত্রে, মাসি কা ইচায় চায়হৌরে।
অকবা পোৎ অমতম্ব লৈরমত্রে।

মাধব—মরাংলোমদা অমুক য়েংউ। (ইন্দু ইমুংদগী খোরক্লগা
অরাংলোমদা অমুক চেনখি। মাধবনা খোম্বু কৌরকই।)
খোম্বা খোম্বা, ঙসিসিদা খোম্বহুনা কদায়দা—

জাহ্নবী—(পাখংনা) ঐগী প্রেমি চংত্ৰবা! ঐগী প্রেমিদা
লৈত্রবা— ঐগী প্রেমি শিরবা—প্রেমি, প্রেমি—
(জাহ্নবী মখোঙ মথুং কাউরগা মমিং অঙোবা কুপতুনা
অহুম তিংথোকত্রে।

মাধব—ইন্দু ইন্দু, (ইন্দু কোরসেন চেল্লি।) ডাক্তর, ডাক্তর,
ইন্দু ডাক্তর ভোক্লো (ইন্দু মমাবু কোম্বুনা কপই।)

ইন্দু—ইমা! ইমা নঙবু কদায়দনো!

মাধব—(চুমা মেৎলগা) জাহ্নবী—

লাইট অফ

# ৬ শুবা দৃশ্য

মফম—শেখরগী য়ুম।

মতম—নুমিদাং।

(শেখরগী য়ুমসে পোশঙংনি। নুমিদাং অমম্বদা শ্যাম্না মখিং উদ উদনা মপালদা হয়াঙবা লৈ।)

শ্যাম—ঐগী তাথোনা ভসি ঐগী ইচৈমা অমা পুরকনি হায়রম্মী। ঐখোয়গী ইচৈমা লাক্লবদি ঐন্থু নুংঙাইরনি। (খুৎ লোম্নগা খুত্তু খুদক কুন্দুনা) হে ঈশ্বর ইবুংঙো! ঐগী ইচৈমবু পুরকপদা ঐগী ইয়াম্বদা অশোয়-অঙাম থোক্তবা মঙ্গল ওইবা পীবিরকউ! ঐদি নাম্মা শোয়রবনি। ইয়াম্বগী মতেং কখিনবা পাঙবা ঙমদ্রে। ঐনা ঈশ্বরবু খুরুমজবা অসিনা ইয়াম্বগী মতেং পাংবা শকচগে। (শ্যাম মকোক নৈথাক শোক্লা খুরুম্মী অহুগা অমুক হৌগৎলকই।) ভসি ঐগী মচদা সংসারগী অমম-অঙানবু উহনা মশক মত্তো কজবী, লক্ষ্মী চেন্নবী দুপী অমা লৈরম্মী ঐখোয়গী য়ুমসিদা। ঐবুন্থু য়াম্না লুনা তৌবিরম্মী। ঐখোয়গী লক্ষ্মী চেন্নবা ইমুংঙুম ঙাল্লম্মী (য়াম্না নুংঙাইতনা) ওঃ নিংঙমথিদ্রেদকো ঐগী পুন্সিসে! ঐবু অহুক লুনা

তৌবিগদৌরিবী লক্ষ্মী চেল্লবী ইথৈতমদো ইমিৎসিনা ঊবা কংলে যাইদকো—ঙসিসিবু কয়াম থেঙলহৌরেমো! (প্রেমি কিরুক থুম্বগা পোং মরোম অমা পায়দুনা শেখরগা চংলক্কই) হে ঈশ্বর ইবুংঙো, ঐগী তাযোদো অশোয়-চাম থোকহনবিগনুকো! ঐগী হায়ববু ইয়াম্বা মতোমতনি। ঐগী তাযোবু পুন্সিবা-মুংশাংবা পীনবিয়ু। ঐগী ইথৈগী লাক্লগা ঐনা যাবু লুনা তৌগনি। মানন্থ ঐবু লুনা তৌহনবি। প্রেমি শেখর শ্যামগী বাঃ তাহনা চাইহাক ভুম্মিল্লা থোক্লগা তাহনা লৈ।)

প্রেমি—(শ্যামদা মুংশিনা) ইবুংঙো, মচৌ লুনা তৌবিগনি হায়বা নচৌ ঃথৈমদো ঙসিদি লাক্লে মমাঙসিদা। ঐঃন্থু মচৌবু লুনা তৌরগনি।

শ্যাম—(হয়াঙ্‌নং) হ! ঐগী ইথৈমা লাক্লবা— কদায় অমুক্তা য়েংগে। (প্রেমিনা চংশিল্লক্লগা শ্যামগী মরেংবান্দা পায়বা)

প্রেমি—ইথৈমা 'সিদা লৈরে। (ঊবা কংব্রবদা শ্যাম্না চাক্লা লৈথোকখি।)

শ্যাম—(থম্মোয় শোক্লা) ওঃ ঐনা ঐগী ইথৈমবু ঊবা কংব্রবা— ঐনা ঐগী ইথৈমবু ঊব্রবা— ইথৈমা, ঐ লৈঃনি ম্রে সংসারসিদা—

প্রেমি—(মপী থৈথোক্লগা) ইমাওসিদি অহুক হৌবা যাঠল বল্লুগদু ইথৈমনা তেলমদা পুবগা নহাক্কী মিং লাথেংগদি, মচৌগী ইথৈমবু ঊহনবিদি।

শ্যাম—ঐগী ভাবোদি।

শেখর—ঐ'সিদা লৈরে করিগী নো?

শ্যাম—ঐগী ইত্তেমসে তৌত্রা, মূত্রা?

শেখর—তৌই। (প্রেমি নোক্নুনা হল্লোকই।)

শ্যাম—রাংত্রা?

শ্যাম—মশম শা'ত্রা?

শেখর—রাংই।

শেখর—শাংই!

শ্যাম—অদুদি করত্রা?

শেখর—(নোকনেং তৌদুনা) মদু মৌনা হংলবদি ঐন্দু খঙলে ইবো। (শেখর ইমুংদা চংখি।)

প্রেমি—(নোক্নুনা) হয়েং নমায়বা অমদা হংলো, ঐখোয়দি কনায়দগী বায়বা তম্নগদগে।

শ্যাম—(হরাউনা) য়ে— মদুক নুংলে। কৈ হয়েং মাং ল্দ হংগে। ঐ নুংঙাইরে। ঐখোয়গী ইক্লোমচানা লোমা ল্যাক্লুগা ঐখোয় তাবো লৈত্রিবদা ঐখোয়গী চাক-থক্লবগা মহাক্না তম্নরোই।

(শেখর থাউৈব অমা চুখংলগা থাজোলদা থম্মী।)

শেখর—মমুত্তুগা রাদো মীনা তাঙগা করি থংখিনি?

শ্যাম—ঐগী ইইত্তেমা লাক্লবদি মীনা লাব লাক্লবদু, কনাবুম ঐমা কীদরে।

প্রেমি—অদু থইয়বদু চুমিন লৌরো।

শ্যাম—ইতৈমা নঙ চাক থোংনুবো ঐখোয় তাথোগে চাক থাম্না লাম্বনবনি।

প্রেমি—খোংথবুদি থোংনুরগে, কদি এহাং থোংউ.গ?

শ্যাম—ঐনা পুক্কিদা থোই থাবদা অয়োকপা ঙা অমা ক'রগা থানচিন মণ্ডুংদা থক্রিবনি। ঐনা ইতৈমা মুংশিবী লাকনি হায়দুনা কাদনি। মদু থোংদি। মে ইতৈমা ঐবু শমদুনা উমুংদা থন্না পুশিনবিয়ু।

প্রেমি—(শ্যামবু শমদুনা) লাকও চংলসি।

শ্যাম—(মথুং থাদুনা) ঙাইথোরে ইতৈমা।

প্রেমি—কদি তৌরগে? (অম' থেংই)

শ্যাম—করিমু তৌরে। লোয়া য়া অমা চংখ্রে।

প্রেমি—কদিনো হায়রোনে?

শ্যাম—(লোয়া) ইতৈমা নঙ ঐখোয় তংখোবু মুংশিত্রা?

প্রেমি (নোক্লগা) উঁ অহুদী ওইরে! মুশিদ্রে ঐমুদি। অদু অমুদি নহাক্না মুংশিত্রা?

শ্যাম—ইতৈমা, মুংশিবগী মীচেনসিং থোঙাতক, মিংতাং থাদ্না চেনত্রবে?

প্রেমি—নাইর-মমংদা থাদে হায়রগে নহাক থঙত্রিত্রা?
(প্রেমি শ্যাম ইমুংদা চংখিল্লি।)

-সেনা—(হরাউবা) মসিনী অচাং অসিদি মইতৈমা অসি পুমচাংও হেক চাউহনগদৌরি। (র বল তৌনা) অসঃ ঐনা য়ুমদা

অমিদা তৌরকইবসিদু থমুথদা ওহোক্না ঊকাইবত্ত্রেদা—অহুপা থাদি থান্নু হয়াউ হয়াউ তৌরিনে। মথোয়গী মওং-মতৌ অমি ঊরু ঊরুরুপা ঐদি থাই অমি থমকম নৈতবে। ঐগীসিবু হুপী চেঙ্গুবিবা হায়বহুনিকো—হুপী চেথবা হায়থবু অহুম তৌবোইরে। আঃ হুথনিবা মশাঙ্গপেদা।

(ঊবোমচা চংলকই। শেখর মহু ঊথদা থরুম অমদা নৈথোকখি।)

ইবোমচা—হাই শ্যাম, শ্যাম।

শ্যাম—কৈনো খুরাম্তোন। (ইমুংদগী)

ইবোমচা—হাই নঙগী অতোপ্পা হুপী অমা পুরক্লে হায়বদু অচুম্বো?

শ্যাম—অচুম্বনি, লাক্লে।

ইবোমচা—করি লৌথরগীনো? কনাগী মচানো? (শেখর অহুম থোকখি) হাই নঙ্গেন্দু অহুম অহুম নৈথরো?

শ্যাম—(ইমুংদগী) নৈ।

ইবোমচা—থোক্লকউ হায়দু থরা হংনে।

(প্রেমি থোরক্লগা থোঙবা পাথহুনা ঊকাইনা কিক্লক হুমহুনা নৈ।)

নথোদু থপা নপা থানহুনা লাক্লরা?

প্রেমি—অ- ঐথোয়— (থবা তাদে)

ইবোমচা—করি নৈকাথগীনো?

প্রেমি—নুক্রাম মেজর লৈরক্তগীনি।

ইবোমচা—হুইক্রোমগী মীনাকথুনবা মাথবকী কদোমদনো ?

প্রেমি—হেক মচামক্লি।

ইবোমচা—(পাথংমা) অসঃ বিষ্ণু বিষ্ণু মাংলেদনা, শা-লাম থোকপা ভাবে ওয়োংকপগী অভাংিদকো, মতিক মপা খিঙম্নু মথেংউ।

প্রেমি—করিন্নু তৌরোইদা নুংশা বিবিগন্নু।

ইবোমচা—(ভমা) হয়েং অহল অমা পুরুপা হায়দোকপা চংলূকা হায়বছুমি। করমদি তৌনি। অহু ইবেম্মা নথবাক্ট নুংভাইতবা তৌগন্নু ইকু অমুক চংলে।

(ইবোমচা চংখি। প্রেমিনা থোঙজিন্দা পায়দুনা অমুম লৈরোই।)

ল্যাইট অফ

## ৭ শুবা দৃশ্য

মকম— মাধবকী মুম মাঙোল।

মতম— অমুক।

(খোম্বা মাঙোলদা মমায় পামরগা কপ্লি, টেবল চৌকি লৈ। টেবল মথক্তা লৈ'ত্ত হাপ্পা পুখম অমম্ভ লৈ।)

খোম্বা—অস: ঐ তাব অমা তাত্রেদা, ওমাং নোংমতং ঐনা ইনাওশিংগী মমাক্তা চংলুবদা ৎতৌরম্লিবা মতৌসিদি— ঐখোয় ইথেম্বম্ভ চেনপ্রবা— ইন্দোন ইবেম্বম্ভ মোঙাপ্রক— খোম্বা ঐসে ইমুং অমি কৈপাক কৈনা পুমম্বা তাং ওইরে।

(ইন্দু খুদৈ অচোংপা অমা শেং, খুদৈ অচোংপা অমা মকোক্তা য়েংতুনা ইশিং কোন মচা অমা পামরগা চংলকই।)

ইন্দু তাখোম্বা যাযোম. লাক্লিত্রা?

খোম্বা - লাক্লি, লাক্লয়োই হাই।

ইন্দু—কদি তৌরবা?

খোম্বা থবক অমা চংকমি হায়দুনা চংত্রে।

ইন্দু—মখোয়গী থবক্তা লুমরনে। মসিদনি ইমা লৈতবগীদু ৱাবনে ইচলম্বুপী চেনখিবগীবু শাউনিংবনে।

খোম্বা—(য়াম্না তমা) তাইখোনে ইন্দু, ৱা অমা থমখিসিনে।

ইন্দু—কদিবোনে তাখো ?

খোম্বা—ঐখোয় অদিমু কয়ম তৌসিগে ? ঐদি থবায় য়াম্না মুংঙাইরেবো। কয়বন্দু কল্লবন্দু মওশী তাখোম্বগ',

ইমুংতোগা ইচাউ চাউবা মরৈরি হায়বনি।

ইন্দু—তাখোম্বা নৈনা নৈনা শিঙ্গ্রিবশিনিনে।

খোম্বা—(তম্বা) ও: য়াম্বয়োই। সরুনি অমদা চংপ্রে। (শাউবা অমুক) য়েংতোই ঐনা হায়বদি হন্দক ঐখোয় ইবেম্মনা চেনখিবসে থবা মুংঙাইতে হায়বা।

ইন্দু—ঐবা হবাউববৌনা। কাম্নদে তাখোম্বা, বামোন লাকপা লাকবা চেং-থাইদিং তিংখোকাম্নু লোইনা তুরবা! মম্মুম তৌবসিদনি— লাক্লিংলগা হেক লাক লাক্লিংরগা হেক তোক।

খোম্বা—হোয়দা, বামোন মরোম্না কংপন্দু ইমাদা, থওবা ঐনা তাবমা কংপন্দু ইমাদা, ব্রাক্ষণগী মরোম্নু ঐখোয় ইন্দোল ইবেম্মনা খঙলম্নোইদা। ইন্দোল ইবের্ম্মনা অখওবা ইয়োম্দ! হেক্তা—

(টেবল মথক্তগী নৈ-ত, চেং-খোইদিং হাপ্পা পুখম অদু খোম্বনা ইন্দুদা পী।)

ইন্দু—(লোয়গা) তিংখো মতোনকাদি য়াউরেকো।

(ইন্দুনা পিন্দ তাপি, খোম্বনা বামোন শাহ্নবা কপ্লি।)

খোম্বা—কদনা তাউ, কদয়বদি লাইরৈবাক্তা ইন্দোল ইবেম্মনা ইচাসি মশা নাম্লে মো থীবিরকপন্দু ময়াই।

(বামোন চাউবা চংলকই। ইন্দু খোম্বা ইথক থক্লা তৌকম থওদনা য়েংই।)

বামোন চাউবা—(থক্লা য়েংলগা) নখোয় অনিনা হেক্তা মহোং-নয়ব্রা ?

খোম্বা—অজ্ঞা, থবক অমা চংকনি হায়বহুদা ননাই এখোয় অনিনা মন্ত্রী শিধগা থম্মোয়গী অশেংবা পুক্রিংগী মস্তগা শিধ মায়পদমায়ে থজ্জকহনা অহুম হোৎনগে তৌরবা—

বামোন চাউবা—(নোক্তুনা) ইবুংঙো খোম্বস্থ মন্ত্র থওলম্লিদনা। অহুমনি থম্মোয়বু শেংত্রবদা ঈশ্বর কনানা লৌগদবা নত্তে। মাম্না কৎপা খিত্তা কৎপা ঈশ্বরগী মকমদদি চপ মায়বনি। (ইন্দুদা) ইবুংঙো ইন্দুবু ইকায়রত্রা ?

ইন্দু—লুবয়ে অজ্ঞা।

বাঃ চাউবা—(কমথরগা) ইবুংঙো ইন্দুবু লিক য়াউরিবায়েযে।

ইন্দু—মহৌশা হৈনয়রুবনিনা হেক্তা—

বাঃ চাউবা—কবে ওসিদি য়ারে।

ইন্দু—অহুবুদি বামোনস্থ শগোল য়াম্না তোংনরেদা।

বাঃ চাউবা—শগোল তোংবকাওবদি য়ায়া হুংতাইরা।

খোম্বা—অজ্ঞাবু মখোয়গী কায়ে হায়বহুবু থকপিরবয়নে ?

বাঃ চাউবা—(মথবাক হৈরগা) বিষ্ণু বিষ্ণু, শ্রীরাধে, ইবুংঙো খোম্বা, অজ্ঞাখোয়দি থকপদি লায়য়দনা পনবা কাওবা য়াদেহে।

খোম্বা—অঙ্গাম্বু তোংলে হেক মহারাজ, ইন্দুনা কারবদি কাইল্লে থকুরে হায়বনি।

বাঃ চাউবা—সরুক ভনন্দাদা মমাই যৈশিন্দুনা ভূরিবা অসিদি শগোলনা যৈবা লংথরকপা ওইরে। (শাউনা) ইদু'চো ব্রাহ্মণ চেহ্নবা বা ভাংবা মীগী থবক্তি তৌদে। (ফুক হোগংলগা) সেঃ ব্রহ্মণবু য়ু থক্লে হায়রবা! (শাউনা চংকে তৌই।)

খোম্বা—অঙ্গাবু অঙাংতিনা—

বাঃ চাউবা—সেঃ ব্রহ্ম শাপ কীদবা শারদনা। (ইবোমচা চংলকই।)

খোম্বা—অঙ্গাবু ভাইবিখোমে। নুপা ময়ুমলোমগী মীওয়া করিনো অমত্তু লাকইবে।

ইবোমচা—ভাইবুংগো মাধবপু লৈতব্রা?

(ইয়াংঙু উবদা বাঙোন চাউবা নেমথহুনা চৌকিদা ফমথৈ।

খোম্বা—লৈতে কারি থবক্তী ওইরবগে?

ইবোমচা—ভাইবুংগোগী অঙাং অমা ঐখোয়গী নুপামচা অমনা পুরক্লে। অহুগী ভাইবুংগোদা খুরুমজগে লাকচবনি।

বাঃ চাউবা—অহুদি চৌকি সোমদা অমুক্তা লেংশিল্লু।

(ইবোমচা মাঙোলদা কাখৎলগা চৌকিদা ফমথৈ।)

ইন্দু—শেল মাউরমজবদি ঠিক তৌগে।

ইবোমচা—মেন অমা ভাজিবনিনা।

ইন্দু—(শাউনা) ইন্দুগী মচল হায়দোকপা লাকপদা শেল য়াউরক্রুবা ! (শাউনা চংশিল্লগা ইন্দুনা ইবোমচাগী মখক্তাইদা খুবাক্তা শেং থাই। ইবোমচানা খুবাক মকম নান্দুনা থাডই।) তাখোম্বা থৌরী পুরকউ।

বা: চাউবা—ইবুংঙো তাইখো তাইখো, অহুগা তৌবা হৌনদে। থাগী বা চুম্না তাংনগদবনি।

ইবোমচা—ঐগীসি খুক্রমজবা লাকপনি।

ইন্দু—ঐখোয়বু করি ওইনা উবগে ? ঐসে কনানো ?

(মাধব চংলকই।)

মাধব—করিনোমে মুপামচা, নঙনা পংঙাংদা—

ইন্দু—মুপীমচাগী মবুবোক্তি। পৈশা য়াউরক্তবগী কুরিবা।

মাধব—নত্তে ইবোমচা, নঙগী নচাদা ঐগী প্রেমিবু !

ইবোমচা—ঐখোয়গী তাধম্না থনম্বা মুপামচা অহন্দুনা তাইবুংঙোগী ইচানুপীবু পুরক্লে। অহুগী তাইবুংঙোদা খুক্রমজগে হায়হুনা লাকচবনি।

মাধব—অওইবা ওইনা পৈশাবু য়াউরক্রুব্রনে ?

ইবোমচা—মেন অমা তাদ্রিবাসদা—

মাধব—লমজা মচাহুদা ইচানুপীগী মমল থোকদবা লৈতে।

ইন্দু—(শাউনা) মহুদি কবু করে খুরাখোয়গী লবাইহুদা খুরাতমক লৈব্রা, লৈকাই পান্দব্রা ?

বা: চাউবা—করিবোদা ইবুংঙো মাধব, ইবুংঙোগুম্বগী ইচাবু শা-মণ য়োনবগুম য়োক্লি হায়নবিয়োইয়ো ? ইচানুপী

য়োনবগী মহুত্তা নক্সাকন্নুপা লৈবনা ফব্রা? লৈবা ঙম্মোইদবন্সু নত্তে। ফরে ইবুংঙো, মমল পীদুনা নচা'ম্নুপীবু শিন্তুং ত'ন্থিনা তৌরম্পদা ইমাকপ্‌পা মাধবনা খাঙবা ঙমগদবা কব্বিস্ত লৈতে! মদু নচাগী দান নত্তে। নচাবু ন্নুংশিবা নত্তে।

ইবোমচা - (য়ামোন অমম্বুং মাধব খুরুম্লগ) অঙ্গাংগ'য় ত'ঙবুং-ঙো'খোয় মন্নায়া অমুক্তা নু'শিবিযু। (খে ন্বগা ইন্দুগদস্থ) ইবুংঙো'খোয় ময়াম পুন্নমক থোয়না লা'বা ঙাক্তান অমুক্তা নু শিবিযু।

বাঃ চাউবা –ইবুংঙোসিংদি কাম্লিংশিনা হায়ঙরিবনি ইবুংঙো মাধবকী মোত্তনা করিনো? মমাগী কর্মসি য়াউহনবস্‌তু কৈ, কৈ হায়হূনা কর্ম মপুং অসিদা য়ুম মাংনা মাংনা করম্না নচাগী দান তৌগ'ন।

মাধব—(য়া'ম্না খুংঙ ইতন) ফরে অত্তা, ইচানা পাম্মী হ'য়্‌নো চৎথ্রবিনা মমাগী কর্ম অসি লোইরগা মগী লুহোংনবা অমুক লাংলসি' অদুগ ইবোমচা, সুপীমচাদুদি মমাগী কর্ম অসি য়াউনবা ফংলো হয়েংদা থিনবিরক্লো।

ইবোমচা ঙসিসিমা চাক ঈশিং চাখিন্নরগা হয়েং অসি থিজ্জরক্লগে।

বাঃ চাউবা—হোয়নে অহুম তৌনবনা ফৈনে। নিংঙোলনা মনুম পানখিবা মীগী ময়ুমদা চৎখিবা, শিবানা মীগী নিঙোল

পুরকপা অগংকী হোনপানি। অহুপা ইন্দু মঙম্ নাবুংনা
যাগ্রবনিনা কচোই কমাং লোমবা যাম্রেকো।

ইন্দু—খঙদে মচামি পাবুংনা থোকপা ভোরসন্ু।
(শাউনা ইমুংদা চংখি।)
(ইবোমচানা মাধবকা বামোন চাওবগদা থুরুক্ষী।)

ইবোমচা—অজ্ঞাথোয় ভাইবুংঙোথোয়না চানবিবৈ চানবিবা
অতুম মচানবিযু মনাই ঐহাক অমুক ম্রোনপ্রগে (থোম্বদা)
ইবুংঙো বারোবা বাদে ঐথোয়না লানবা ভাকনি।

মাধব—যারে যারে। (ইবোমচা চংখি।)

বাঃ চাউবা-কারদে মশানমু পাবজনা চংগ্রবনি।
(বামোন চাউবা চংখি। থোম্বা মাধব লৈহৌই।)

## লাইট অফ

## ইণ্টরভেল

# অনিশুবা অঙ্ক

## ১শুবা দৃশ্য

মকম—ইবোমচাগী য়ুম মাঙ্গোল।

মতম—নুংথিল।

(তখেল্লৈ ইমুংদগী য়ায়া খোইশাউনা থোরকই। মাঙ্গোলদা মোরা অমা লৈ।)

তখেল্লৈ—ঐগী লাইবকসে ওন্থোক্লা থীজ্রেদকো, লৌ·শিং, মাল-চাং থরা মখোয় ঐখোয়গী ওইমিন্নরম্বদুম্ লোইনা মরোৎখোকখিবা। মীদি মরাইবক যবনিনা মথিক নেম্বদু থা লাম্বা হেক্তা কংই। কারি থোক্লদগে হায়বদবু খঙাত্রে।
(নন্দ বেল অমা পায়রগা চংলকই। তখেল্লৈনা উদে।)
ইস, ইচাগীদমক হায়নজগে তোঙবদুম্ মখোয়না অয়েং হেক্তা চংবা।

নন্দ—ইমাদা অয়েং চংলিবগিদবু কনানো?

তখেল্লৈ—(হকাউনা) ইমাগী ইবুংগো নঙ লাক্লব্রা? কয়েদা ইচা লাকপা য়ায়া করে। নঙগী তামো শেখরদা চেল্লকইবা তুপী অসে নঙোন্দা হোঙনববা ঙোবা তারে।

নন্দ—কদায়নোমে ইমাগী চোইরোল্দুবো ?

তথৈল্লে—হৈহে পঙক্ত্রেদকো সুপামচা, নঙসে, নমাম্বা চেল্লকই সুপী অসি ইচাগী ওইনা হোংলবদি মস্তে মপানদু পীনিংঙ্গ্রবনি।

নন্দ—ঐখোয়গী ত'মোবু তশেংনা সুপী চেল্লক্লত্রবে ?

তথৈল্লে—হোয়নে সুপামচা, তাইবুংঙো মাথবকী মচাসুপী অমত্তা থাক্তবদো নঙ তামোনা পুরক্লে।

নন্দ—অসেদা লৈত্রা, কদাদা লৈ ?

তথৈল্লে—(খুৎ থিল্লগা) তু, অ মখোয়গী পোংশং অসিদা।

নন্দ—(ওক্লা) মস্তে ইমা, তামোখোয়বু তাঙ্হোকপ্রত্রবে ?

তথৈল্লে—হোয়, শক্তা সুংশিদকুনা।

নন্দ—(ওক্ল) ইমাগী থম্মোয়সিদি—মচানদি মখোয়বু পোক-মিন্নদবনি হায়নকা খঙত্রিবনি।

তথৈল্লে—ইহে, বুদ্ধসে অসিগুম্বা য়াথলকা খঙবা শারিয়ে। কামদে সুপামচা ওইজবা থরা থঙজিল্লু।

নন্দ—(শাউনা) ইমা ওইজবা থয়রীদমক ঐনা অাং-শাং নাইদবা শা ওাগী নীচং চৎপা নচা ওমজরোই। ইমাগী অহুগুম্বা য়াথল অহু মীনা তাপ্র-থঙপ্রগা নচাবু মীনা কয়িনি হায়না থবথিনি। লাক্লিবী ইতৈমাকুনা তাপ্রগা ঐবু শানি হায়না লৌথিখিনি। মহু কৈদৌউদমু ওইখোকপা য়াবা মস্তে ইমা। চৎমরয়োইদবা য়াদা ইচিন ইনাউ কায়নমবা খোলদি থাবিগদ্ৰু ইমা।

তখেল্লৈ—ইমায়, ইচাদি আইনকা য়াম্না খঙলম্লেদা মমাদা পাউতাক পীবস্থ হৈয়ে।

নন্দ—ইমাগী মীরোন লোন্দবা রাফমতুদা হায়বা চম্লিবা।

তখেল্লৈ—(খুবাক খুরগা) নঙদদি নয়ুম পানবা খঙলগু। সেঃ ঐনা মাগী ফনবা হায়রগা।

নন্দ—মতুনবু কৈ। (ইবোমচা চংলক্কই।)

ইবোমচা—সুপামচা মঙ লাক্লত্রা?

নন্দ—(ইবোমচাদা খুরুম্লগা) পাবুং।

ইবোমচা—পরিক্ষাদি করম ঙৌখি।

নন্দ—শোয়দবা য়াহ হায়না খল্লি পাবুং।

তখেল্লৈ—লৈ। তমলুরবান হায়তুনা ঐখোয়ক'সে উখিত্রে।

ইবোমচা—মসি সুপাসগী হৌনবা ঙোরক্লদৌবনি। মোরকপগা লুপমদা তাপ তাপ হেক লাকপা।

নন্দ—হমানা ঐবু জাং নাইদবা মচা ওইহনগদৌরা।
(নন্দ শাউনা থোকাখ।)

ইবোমচা—লাকপদা ঙাইহরিবা নচা অসিদা ঙাউনা কনি অমুক হায়রুরবগে?

তখেল্লৈ—অইবুরো মাই তাখোনা চেল্ল'রবী সুপা অসি মহোন্দা ওন্থনবা হায়রুরিবা অতুগীনি।

ইবোমচা—নঙসিস্থ ওখোক ওখোকপা নৈংদৌনুংদস্থ ওইথোকপা মায়রোইদবদা।

তখেল্লৈ—কারগী মারোইদৌরিবনে, মরাংবক্তুম কদলবনি।

ইবোমচা—মনৌ মনৌ পাম্বী ইবেম্মা, কা মতম অমা চাবা কংবগীমু হেক মবৈবী নওগুম্বী মস্তেনেহে, অা ভাউন্দগী ঐখোয়গী লবায় ম'সিদা লাক্লি হায়হুনা লাক্লবী মুপী অসিমু খা খা ওইরবোই নিংবরো ? নওগুম্বী পুকচেল লেপ্পবী হৌজিক্কা হায়রগা সেনেমা হোনদা অমুক চংবদা মুপা মনীং থাবা য়ারবী মস্তেনে। করি খোকই হায়হুনা তাংজবা শারদনা।

তখেল্লৈ—হোমনে ঐবুদি মহু মওইরগে, মখোয়গী পাবুংমা চংলুমবু করি করিদা ভানরবগে ?

ইবোমচা -অহানবদদি ঙাংনবা য়াররপোং নস্তে। মমৈথংদা লুহোংবদা তানরে। মুপীমচাহুগী মমাহুম্ম ঙরাংসি লৈখি-রমস্ত্রে। মমাগী কর্ম্ম লোইরগা খম্নসি হায়হুনা খম্নরে! ঙসির হয়েংলা মমাগী কর্ম্ম য়াউরুমনবা থীনবিরুবা তারি।

তখেল্লৈ—পৈশা নুংশাদি করিমতা পমরক্রো ?

ইবোমচা—অহানবদদি মবুং অহুনা পৈশা য়াউরক্তে হায়হুনা অমুক্তোইবা শা লাম্নিদা, মমৈদবুদি মাযোন অমা লৈরমহুনা মানা, খেম্না হায়মহুনা কয়া ঙাংনরবগী মতুংদা শেল লৌদবা কর্ম্ম লোইরগা লুহোংবা হায়না লেপ্নহুনা লাক্লবনি।

তখেল্লৈ—অহ চাক ঈশিং চাথোক্লবা তৌবিক্লরো।

ইবোমচা—তৌগদবা ময়াম অসি খল্লুবদা চাক্লা পুমখম থনগংস্রে।

তখেম্নৈ—কবি হৌনি হায়বগে মপাগী মিংদা লৈবা লৌইদগী শক্তম অমা থোক্হোক্লগা হোংবিবা তাইদবা। হৌজিকপু নকম পোম্বো নখি পুম্বো হায়দুনা পুখা তাম্ববদা কদায়-দগীনো? থুক থনগংলে হায়দুনা চাক্রগা মীমা বাবিগদবা মচে, লাবও চাথোকপিম্মো।

(তখেম্নৈ ইমুংদা চংখি।)

ইবোমচা—হোয় মচুনা কবত্রা?

(ইবোমচা ইমুংদা চংখি।)

## মাইট ওঙ্ক

## ২ শুবা দৃশ্য

মফম—শেখরগী য়াঙ্গোল।

মতম—নুমিদাং।

(শ্যাম প্রেমিনা শন্নগা ইমুংদগী থোরকই। য়াঙ্গোলদা চৌকি অমা অনিগা লৈ, কক অমগস্তু থারি।)

শ্যাম—য়াঙ্গোল য়োরবরা ইতেমা?

প্রেমি—য়ারে। অদু ঙসিদি ইতৈমা বা থরা হংগে।

শ্যাম—করি য়ানো ইতৈমা?

প্রেমি—নখোয়গী তামোসিবু লাইরিক শুকতম্বক তমহৌরা?

শ্যাম—তমহৌই।

প্রেমি—করি ক্লাস কাওবা।

শ্যাম—সেকেণ্ড পোজিসন্দা মেট্রিক পাশ তৌগ্রবনি। অদুবু ইমা হপা পুন্না লৌথিরবদগী— অরাবদু নংলমজ্রবদি ফাস্ট পোজিসন তাংদ্রস্তু য়াই। অহল-লম্মন লৈতবনিনা অদুদগী অদুম তোকখ্রে। ঐবুদি অদুম তমহল্লকই। কুমসি ক্লাস টেন থ'রম্লগা মিং অদুম উত্রবনি।

প্রেমি—ইতৈমনা ইনাওগী মিং ওননবা হোৎনখিনি।

(নন্দ হরাউনা চংলকই।)

নন্দ—শ্যাম, ঐখোয়গী ইতৈমা অমা লাক্লে হায়বহ্ অহ্নয়ো ?

(প্রেমি ঈকাইনা লুকথৈ।)

শ্যাম। তামোচা—(মাহ্নমা) তামোচা নঙবু কদায়দনো ?

নন্দ—(ঙক্না য়েংলগা) নত্তে শ্যাম, মঙনা ঐবু উবা ফংদবগুম—

শ্যাম—(নোকশিন্নহ্নমা) তামোচা, ঐ সংসার অসি উবা ফংদ্রে।

নন্দ—(মথরায় মুংঙাইতন) করি করম তৌহ্নমা ফিজম অসি ওইরক্লিবনো ?

প্রেমি—(চৌকি থাহ্নমা) ইবুংঙো অসিদা ফম্মু।

(নন্দনা শ্যামগী মখায় পায়হ্নমা মথরায় মুংঙ ইতনা য়েংই।)

নন্দ—শ্যাম নঙগীসে চৈনা থিনবা ওইরমান্নে, মাইস্নু করিম্নু দাগকমগী দাগফমমক্তা! নত্তে শ্যাম, কমানা করি তৌবদগীনো ? তামোচাদা শেংনা অমুক্তা তম্মুনে।

শ্যম—(য়াম্না মুংঙাইতনা) তামোচা, ঐবু করি হায়না পাউদম্নসিগে আঃ মসিগী বা অস ননাওনা পঞ্জনিংদ্রে। চিনম্নু থিজনিংদে। হায়দোকপা খয়া ঙপলেনে তামোচা।

নন্দ-শ্যাম, নঙ ইয়াম্বু পোকমিন্নদবনি হায়না খল্লব্রা—নঙনা খনবা মথৈ খঙো ইয়াম্নদি মহ্ ঙম্লোই, ঐদি মহ্ ঙম্লোইকো। হায়যু নঙ মঙগী তামোচাবু নুংশিদ্রব্রা ? ইমাগী চৈথেং ফংলহ্নমা ঐবু মঙনা লাম্না লৌরবনে শ্যাম ?

প্রেমি—ইতৈমগী ইবুংঙো শ্যাম, নঙগী তামোচাদা নঙনা মিৎ উদবগী নরম হায়দোক্লে।

শ্যাম—ঐগী মিং উদবগী মমম হায়রগা ননাউবু মিন্দা তৌবি-গন্নুকো। ঐবু ইন্দোমচানা লিক হুরানবা শিহুনা লিক খিরকপদা তাবে'খোয়গী মথা থংবগী তিখ্যং-তিঙলাং মায়া নৈবা কোম অহুদা লিক অহু তাবা উরবদা ঐবু খুল্লু হায়হুনা নৈরায় চপ য়ুংবা অহুদা কুমহল্লপা কুমথকাব্রিবৈদা ঐবু ইন্দোমচানা ইন্থহুবা ঙসি ওইব্রিবা ফিভম অসি ওইরবনি।

নন্দ—ঐদি ইমানা! (শেখর চংলকই)

শ্যাম - অহুদন্থ মত্তে, চাক্কা হু হাপহুনা—

(শেখরনা শ্যামগী মচিন মেল্লি।)

নন্দ—তামো, শ্যামগী মচিন খাদোকপীয়ু। ইনাও শ্যামা কৈদৌন্নুংদন্থ ওইদবা হায়বোই অহুগা ঐবুন্থ তামোনা শ্যামগুম্না পোকমিন্নবা ননাওনি হায়না খনবিয়ু।

শেখর—ইনাওবুদি পোকমিন্নদে হায়না খনবা ঙম্লোই।

নন্দ—খনবিত্রবদি শ্যামগী মা শেংবা তাসি।

শেখর—মহাক্না পোকমিন্নবনি খল্লবদি অমুক পত্রবন্থ খঙলয়গনি।

(ইন্দু, মাধব, খোম্বা চৈ অমমম পায়হুমা চংলকই। ইবোমচা ফুং ওইরপ্না ইম্নকই। মমামমু উবদা প্রেমি শেখর ইমুংদা চংখি। নন্দ শ্যাম ঙক্না নৈ।)

ইবোমচ'—(ইরাং লাংই) হাই তাইবুংঙোখোয়গী ফিদা ফিদা।

নন্দ- ময়াম পুম্নমক চৌকিলোমদা অমুক্তা লেংশিনবিয়ু।

(নন্দনা চৌকিশিংদু চিংথোক চিংথোক্লুনা থাই।)

ইন্দু—(চৈ মুক্লুনা) কান্নদে ফমজন্নরোই, ইচলগী মন্না অমুক্তা ঙাজগে ইচলনা মাদনা ওইরগা অহুম পুডথিগে।

ইবোমচা—ঙাইবুংঙো চৌকিদা ঙাইহাক্কুং লেঙশিনবিয়ু, লেঙশিনবিয়ু। ইবুংঙো অমিস্থু অমুক্তা লেঙশিনবিয়ু!

মাধব—(ফমথরগা) অঙাংশিংবু অসিদা—

ইবোমচা—অহোয়।

মাধব—অমুক্তা কৌথোকপীরকউ, না শমত্তা হংজগে?

নন্দ—আ, ইচৈমগা ঙাযোগা অমুক্তা থোরকউ কায়রিয়ে।

(শেখর প্রেমি থোরক্লগা থোঙজিন মথাদা লেপ্পি। খোঙ্গনা প্রেমিবু উবদা লোম্না নোকফেৎ তৌই।)

ইন্দু—মুশীমচা, লবায় লোথ্রাও অসিদা নল্লবদি মৈতৈ লৈবাকসিদা নুপা য়াংপ্রা? কান্নদে ঐখোয় লাক্লিঙৈসিদা চৎহৌরসি।

প্রেমি—তামোনা ঙাকপিরিবন্থ ঐগীদি লাইবক ফবনি, অহুবু নচলনা য়াথল থেল্লুবনা লবায় অ.সদা থোক্লরে। নচলগীদি মকম অসি স্বর্গীন। ইমং অনি শুজরোই।

মাধব—ভশেংনমক নশানা য়ানা মফম অসিদা চৎলবা জাংলা? ইশাদা শেংনা তম্মু।

প্রেমি—পাবুং, অসি মঙাইরে নচাগীদি থোক্লরক্নিনা।

মাধব—নশানস্থু য়ানা লৈরবদ নমাগী অস্থি য়াওবা নংননবা থিল্লকউ হায়দরগা থিল্লক্লি-বসিগী মরমদি করিগীনো? মসিনা ঙাকপদি মহাক নশানা য়াদে। মসিনা মরম

ওইহৌরা নহাকপু লোংভুরা থম্বনি অসি নত্রা? মসি নত্তরা করি ওইগনি।

খোম্বা—খুম্বাইবুংঙো মুপীমচানা হাইরিবা বাকম অসিদি যাহ্ন চংলবা বাফম্রি।

ইন্দু—কামদে পাবুং মখোয়গীসি ঐখোয়বু তশেংনা উপিহুর্বান।

প্রেমি—ইমুং অসিনা পাবুংখোয় তামোখোয়বু উশিহুবা করি অমতা লৈখিদে ঐবু ইমাগী কর্ম মাউমনবগী দমক থীনবিগে হায়বনি অহৃদা পাবুং অমদি তাবো অনিগী মশৌ অসিদা কনখৎপীননবা নিঙোল ওইবিশিংগী মমা হায়বহৃমা লৈত্রবনিনা ইমাগী মখৌ মঙম অহৃ মাউকনিং মাউকনিংবা মচানা মাদহৃনা লাক্লবনি। লুহোংবগী ভংতাবা মঙম থঙত্রিমখৈ লাকচররোই।

ইন্দু-(শাউনা) ইচম্না থবায়না মতাপ্রবজিনা ঐখোয় থ্বাইবু য়োল্লবনিনা মাহু মমল লৌহৃনা মাবু থাজবা তারে। ইচন লৈত্রে হায়না নহাকপু পুক্সিগী ওইনা তংনব্লনি।

খোম্বা—অহৃদি ঐখোয় ইবেম্মসে মমল কয়া লৌহৃনা য়োনপদোরিবা?

ইন্দু—য়োনখ্রিবা পোংপু মমহৃনা কাপ্লবরিবা, মশানা মানা চংলম্লবনিনা মী অমা চাউনবা য়োকপা-থাবপগী মমল অহৃ লৌবা তারেদনা।

খোম্বা—অহৃদি করে মচা ওইবা খুদিংমক মমা মপা ওইবশিংনা

যোক্লক থাক্লকপনি। য়ুম পানবশিংবু মমল পীনরবদি
ঐখোয় বাবুমচাগীদি কনাদনা লৌরুগনি।

ইন্দু—মীনাই নঙনা মসিদা করি খঙই। লৌদবা ঙুকয়া য়ারোই খচনগী মমল লূপা ভরাদা ওইরবসু লোগনি। অরেপ্পা ওইনা লুপা নিপিং মঙাদি পোৌবা ভাই।

প্রেমি—(মাথবতা) করে পাবুং মচাগী মমল অহু অহু লৌবিরো মচাবুসু পাবুংগী নচানি, ভাবোবুসু পাবুংগী ইচানি। মচা হায়বসি মমা মপা ওইবশিংনা থাককম থোকপা থাক্লক্লবনিনা ভামোগীসু মমল অহুম লৌবিরো। অহুপা পাবুংগী সম্পত্তি ভামোদদা থুংবিবদি নচা য়াজরোই।

খোম্বা—নুপীমচাগী বা অসি অচুম্বনি। মচাগী মচা ভাক্তনি। ফেদি ফেদা নাইবিমু।

মাধব—খোম্বা নঙগী বাহু চংনবা য়াবা বা নত্তে, ঐগী ইচানিভোল লৈজদে। মহাক ঐগী ইচা নত্তে।

নন্দ—মচল মচা নঙবদা মচম মচ! শাশিন্নহুনা মচাগী মমল থোরিবা অসিনা করিগীনো? মচম মচাবু ওইগে হেক য়া, ওইরোই হেক য়া, চৈ চাগদবা বানিদা।

ইবোমচা—(খেমহুনা) হাই হাই, য়ুমদা লাক্লগা অহুম ভোবা হৌনদে।

মাধব—(শাউনা) ওইরম্লবসু ওইবরোইদবা নহাক ইচা নত্তে। হাই নখোয় অনিসু চংলসি লাকও।

(মাধব ইন্দু খোঙা শাউনা চংখি।)

প্রেমি—ঐমী ইপা নৈত্রবা— তামোগা পাবুংগনহ্ন ঐবু ইঙ্খোক-ঙীরবা !

(প্রেমি শেথর ইমুংদা চংখি। নন্দ, শ্যাম, ইবোমচা মেংহনা লেপহৌই।)

## লাইট ওফ

## ৩শুবা দৃশ্য

মকর—নশী।

মতম—ঙাচংবা মম্নি মম্নিবা।

(তখেল্লৈ থাউ থমা পায়রগা মম্নি মম্নিবা মতমগিদা অর্ঘ্যবা থুং ইমহুমা লাকই।)

তখেল্লৈ—(কেনা খোনা) ঐদিনে তাদা, মহৌশা ঐখোয়না নৈশা পাখং ওইখিদৈদা সমাহল লোকচাও য়েংবগা চংখিমমদো অঙ্খোক্লা ফুংশিনকরে। হৌখিক নিংশিং নিংশিংলগা

পূক্লিংসে ইবৌ হেক লৌই। পাখং লৈশাখী অমমম জুয়া
জুয়া শাহুনা চৎপদো মুংঙাইত্রবে ঙাদা।

অর্ম্ম— (খোইরুম তৌহুনা) অহুবুদি মবুংখোয়গী মখোয়না মুংশিব-
চুমগী য়ায়া কেয়া মুংশিপ্রবা ঙাংবি। অহুকু মখোয়না
মীখা পোন্দুনা লৈখিবসিদা পাবজে মুংশিজে হায়দুনা
করিদি ঙৌগনি!

তখেল্লৈ—চানবি মুংশিখিবনা ওইরমায়ে ঙরাং উনসি হায়খিরম্মগা
লেংস্থ লেংখিরক্কে। ঙাইজখমথৈ ঙাইজ্জরগ—ঐগী মমা
শেংদবা হায়বসে ওস্থোক্লা মুংঙাইতেদা, মমা শেংতৌদবা
ঐতনা অহুম মমাংঙবা।

অর্ম্ম—হেরা তখেল্লৈ, মমা শেংবা শেংদবা হায়দুনা অমুক কোথয়ে।
নঙোন্দা ঐগীদি করি মমা় লৈরিবগে ? মং গী লৌরক্তা
খিহিং লোয়া চংলগা কৌদোন থংচবা অদুক মঙাই,
ঐগীদি করি পাজলবো ?

তখেল্লৈ—(নোল্লগা) হোয়বে নঙ ঐসে হুয়ানখী হুয়ানবনি।
অওইনি জুগী ওইবা মপোকসে ওস্থোক্লগী তোনখ্রেদা,
ইশাগী ইরনবু ইশামা হুয়ান্দুনা শিজিল্লৈ।

অর্ম্ম—খোঙথাংহুবু থয়া কমমনজ্রো ? লমীসে লোইখিবনা হানবা
ঙারেদা।

তখেল্লৈ—খুদোংথীবা কয়া তারবগী ঙাদগী মাই ঙাকচগনিদা—
তাদুনগী ইমাই ঙাকপিয়ো।

জর্ম্ম—ঙাক্কুনদা লাকচরিবসিদি ঙাকথিদি ঙাজাদি ইবেম্মনা পীবিদবগী বানি। হৌজিকস্তু ঙাজা পীবিরবদি—

তথৈন্নৈ—ঙশীরদয়ো ?

জর্ম্ম—অদুবু ঙমত্রবদি মুপা নত্রেদনা।

তথৈন্নৈ—হোয় মুপানি হায়ববুদি খঙজে।

জর্ম্ম—ইমুং অদুবু থাদোক্লবা ঙশীরত্রো ?

তথৈন্নৈ—(যাথল তৌনা) অদু—

জর্ম্ম—ঙম্লোই নত্রা ?

তথৈন্নৈ—ঙসগী থোইদোক্লা লুদেদা অদুদা ঐনা লুনা লৌজরিবদি অসোয়বগীস্তু ঐনা তৌঙবী তাদুনা মুপা নহা অমদি মুংশিরবা ইচা থাদোক্লম্লগা তাদগী ইনম্মা হায়গত্রা। ইচে হায়গত্রা অদুনা ঐবু যুম থুগায়বিনি হায়দুনা ঐবু অমুক ইহোকপিরক্লবদি ঐনা মতম অদুদা কৰি ওইবা—অদুথকনি।

(দন্দ মমাগী খোথঙুন লিরকই। মমাগা মুপা অমগা চংশদু উরদুনা লোম্না লাপ্লপ্লা তারি।)

জর্ম্ম—মদুগীদমক লাকদবা যাথোকশিং অদু ঐ থঙই। নহাকী যুম অমা তোঙান্না শাগদি কৰি অমতা যাদৈ বেয়া চেনহল্লোই।

(নন্দ মঙক লোমদুনা ইমরি।)

তথৈন্নৈ—তাদা পুখ্রি মপান্দগী নৈ অসি অমা অমিদা হেক্লকখিগে, হোয়েন লাইদা কংল্লুনবা।

জর্ম্ম— মখোয়গী মুপাহুবু লাইকা য়াম্না নিংলিত্রবে ?

তখেল্লৈ—অমুক্তোইবা ওকত্রব! জাংবি। থাঙ্গৎলা থাদবা।

জর্ম্ম—লাইনিং কজরিবা জাংবিদবা।

(তখেল্লৈ জর্ম্ম চৎমিন্নখি।)

নন্দ—(শাউনা) ডাইখো ডাইখো, লৈ থীবা লৈথীবী অনিমক, মতম চাদনা লৈ থীরবদি লায়ুংননি খোরকউলাও।

তখেল্লৈ—(লোন্না পাখৎনা হায়বা) করম হায়না ঙৌগনি অঙাং খঙত্রে।

জর্ম্ম—অসোমদা লোৎভুনা অহুম থোকত্রসি।

তখেল্লৈ—হা অহুনা কররা! এদি য়ুমদকা চংবা ঙম্রোই!

জর্ম্ম—অহুমু অম্নুম চৎত্রসি হায়বা—

(মক্লমদা পাকথ পাকথহুনা জর্ম্মনা তখেল্লৈবু চিংহুনা পুথি।)

নন্দ—(শাউনা খোক্লকউ হায়ব য়াত্রবা— লৈথীবা লৈথীবী অনিমক ঙসিদি নথবায় লৌবা তায়েদো— (তখেল্লৈগা জর্ম্মগনা চংখিবা মফম অউদা চংলগা নাপী শিংনা ফাক কাক্তুনা য়েংলে। থীবা ফংত্রহুনা খোবকই।) ঙসিদি নখোয়না ঙম্লে। নোংমা নত্রগা নোংমদি নখোয় খঙগনি।

(ইবোমচা লেমটন অমা পায়রগা লাকই। নন্দনা ঙাংবা তায়হুনা ঙক্লা চংশিল্লকই।)

ইবোমচা—কররিনো নঙনা নমা ওকলুনি হায়হুনা চৎত্রগা অময়সিদা মতোমতা পঙাংদা ঙাংহনা লৈরিবসিবু করি তৌরবগে ?

নন্দ—কনাদসু মত্তে পাবুং, ঐখোয়গী ইমাগা নুপা অমগা পুক্রি মপামগী অশোংবা অসিগী মরক্তা লৈ থীনি হায়দুনা চংখ্রে। ঐনা থোরকউ হায়না কৌথোকপদা মখোয়না থোরক্রুবদা ঐনা কোইফাক কাক্লুনা থীরুবদসু অদুম মাংখ্রে। মাবু ইমানি হায়বা খাক্লয়োই।

ইবোমচা—মুমিদাং অচিকপদা নৈকোন থিদুনা লৈ থীবা চৎলবা— ইবুংঙো লাকও লাকও চৎচখ্রসনু কামদে ফত্তবা লমচৎ নাইদবী মখোয়গা চপ চানা ময়েংনরবদি নহা ওইরিবা ইচাগী মিংচৎ থীগনি। চৎখ্রসি।

(ইবোমচানা নন্দবু খুদাং পায়দুনা চিংলি।)

নন্দ—(য়াম্না শাউনা) মচা বও চাউরে হায়বগীন্তু করিমতা থন্থদবা—ইমা ওইরবসু ময়াক ওক্তবীনি। মাবু উবা মকমদা মতিক থোকপা ঙোমিনি।

ইবোমচা—নুপামচা, মহাক ওক্তবীনি। ইপান্থু য়ারি। মানা মানা ঙোবা মানা মানা অদুম মফংজখিনি। ওক্তবী লথা ওইরবসু নহাকমক্লদি ঙোহৈদে। করবমু কন্নবসু ইমানি।

নন্দ—পাবুং, পাবুংমক নৈনা নৈনা ঐহাক ওক্তবীগী মচা ওইরবা— ওক্তবীগী মচা ওইরবা!

লাইট ওফ

## ৪ শুবা দৃশ্য

মফম—লম্বী।

মতম—সুংথিল।

(শেখর প্রেমি বারী শাহুনা লাকই।)

প্রেমি—আ ! মখোয় তাযো ওসিদগীদি কেসকী থবক লোইরে। ঐখোয় পাবুংখোয়গী মতৌহুদা তাযোগী কায়দাহুদা সুংশি-দহুনা মতৌবনি। ওসিগী মখোয়গী মাইথোং অহুদি শেংবদা মনুংঙাইতে।

শেখর—ঐগী মীগী মীচংনি উংচবগী থাথক্তনি, ঐদি মখোয়গী মাংদা লেপ্পা হেক ওমদবমথৈ ঊকাইজবনু।

প্রেমি—অচুবনা অরানবশিংগী মমাংদা কয়িদমক ঊকাইরিবনো ?

.শং র-(নোককেং তৌরগা) সুপীগী ময়ম য়াম্না পামজবগুম মীনা লৌনবমগত্রা হায়হুনা ঐনা ইথুক মাংজকবগী থাদনি।

প্রেমি—(নোককেং তৌরগা) ইবুংঙোগী থাথলহুনু মনাইসুপীগীনি হায়না চাওথোকচক্করিবসিদি লানবা তাবত্রা ?

শেখর—অহুগী বা মত্তেদা, শক-মাই ঊনবহুদা হেক থজুবহুবু-দিদা।

(ইন্দু, মাধব, খোম্বা মখোয় অহুম তুকথত্না লাকই। অহুম চংখি। শ্যামগা নন্দগা হিক্সো তোংহনা লাক্রবদগী শেখর অমদি প্রেমি উবদা নন্দনা শ্যামবু শরুগা হরাউনা চংশিল্লকই।)

শ্যাম—(হরাউনা) ইতৈমা! ঐ পরিক্ষা লয়ে।

(নন্দগী শ্যামবা মাং খাগৎলরুগা মা [মাহুনা মতৈমবু খিল্লকই।)

প্রেমি—(হরাউনা শ্যামদা চেনশিল্লগা কোমখি।) ইতৈমা 'সিদা নৈয়ে।

শ্যাম—(হরাউনা) ইতৈমা ঐ পরিক্ষা লয়ে।

প্রেমি—ইমাওবু করি দিহিডন্দা য়াউহনগে?

নন্দ—(হরাউনা) ইতৈমা ঐখোয়গী শ্যামসে ফাস্ট ডিভিসনদা পাস তৌরে।

প্রেমি—খুররক ইনাওবু ফজেলদা মিং চমগনি।

(শ্যাম নোকখেং তৌই। অদুগা খুদক্তা শকপম চরিল্লগা)

শ্যাম—ইতৈমা ঐদি কদায়দগী লাইব্রিক তম্বা য়াম্লদগে?

প্রেমি—(তক্না) করিগীনো শ্যাম!

শেখর—(খঙ্গোয় শোক্না) ওঃ, ঐগী শ্যাম লাইব্রিক তম্বা য়াররোই— ঐগী শ্যাম মিং উহে— ওঃ হে লাইবক— ঐ শিরিংলেদকো!

নন্দ—ভাবো! করিগী তমদদগে, হাথল অহুক হক্তা হত্তুমদি। মফম মফম খুদিংবা পুম্না লাক্লেংগনি। অদুগা তমহনগনি।

প্রেমি—মহাক্না পুম্নমক্কা মাই পাক্লক্রবস্ মুংতিগী ঐনা প্রতিকদ
তৌগনি।

নন্দ—ইতৈমাখোয়গী কেদ অহুনা কয়ম তৌরে?

প্রেমি—হন্দক্তী তারিখ তরামথাদা লোইরগনি। ঐখোয়না
তারিখ দাদো অহু কংলগনি।

(মখোয়গী মায়ৌ অহু তাবদা অমদি মখোয়গী মাংদা
মণক ঙাংনিদনুনা লেপতুনা নকক তৌনুনা লেপ্পী। খোম্বা
প্রেমিগী মনাক চংশিল্লকই। প্রেমিদু থবা লেপলৌই।)

খোম্বা—ও ইবেম্মা চাইখোঙ, মাইদু পাক্লোরেহে, মাইপাক
চাসিকো।

প্রেমি—চাদবা য়াবরো, চানি চানি। তাখোম্বা ঐখোয় পাবুংবা
ঐবু চংহল্লরোই দাবরা?

খোম্বা—যাক্লহুও, মখোয়না চংহন্দবা য়াবরো? করিমুংগী
নিঙোলগী মমলবু পামলুরিবনো হায়দুনা চিন্তা য়াম্না
তৌরবনি। য়াম্না খোয়য়াংলবনে।

(খোম্বা অহুম নৈলথরোই। শেখর, শ্যাম, নন্দ, প্রেমি
অহুম চংখি।)

মাধব—করি অমুক হায়ক্লিবনোনে খোম্বা?

খোম্বা—মখোয়না যোট য়েংনিংহুনা তৌবনিদা খুন্নাইবুংঙো।

মাধব-মখোয়গী করি যোট লৌরুখিগদগে মহাক ঐগী ইচা
মতে। ঐগী ইচা নিঙোল নৈতে।

খোম্বা—শাউথিন্নু শাউথিন্নু খুমাইবুংঙো, মাধবু কনাদনি ওইনরক্লগে ?

মাধব—অমঃ হুকান অদম্নু, হুকাব অদম্নু মহাক্না কক্ক্রবা— অহুদা মতমা সম্পত্তি ভথায় খিঙোলনা মুমথিবা—

ইন্দু—কৈ লৌজমন্নু, মহাক হম্বক মপোক্কী লোইরবনি! ঐনা শিবদন্নু চংহল্লোই। মহাক শিবদন্নু ঐ চংলোই। মহাক ইচল মত্তে। মহাক্না ঐগা কন্নিন্নু খোক্লদে।

খোম্বা—শাউখিন্নুনে বাবুমচা—মহ মাল্লোইনে। খোক্লহনবু লৌখিপদোন্নিবনি। বাবুমচাদা মত্তে, ইথেম্মা প্রেমিন্নু ঐখোয় খুন্না ইবুংঙোগী মচানিনে।

(মাধব, ইন্দু, খোম্বা মখোয় থংন থংনহুনা অহুব চংখি।)

## লাইট ওফ

## ৫ শুবা দৃশ্য

মদন—শেখরগী কোম্বোং মথা।

মঙম—সুংখিল সুমিদাংবাই।

(শেখরগী কোম্বোং মমা অসি তৈ-তৈ থরক্লু লৌই। শ্যাম চৈ অমমা লৌথুনা লেপ্লগা লৈ।)

শ্যাম—ঐগী তাবোগা ইচৈমগৎনা লৌতিক থাওনা লাক্লিবসিদু— ইতোমভা লৈবসি খদোক্লা সুংডাইখিরেদা— ঐবু লুমা তৌখিবা অন্থক সুংশিনদা ইচৈমসে ঐগী মিংসিনা উৎবা কংলবদি ঐগী খম্মোয়না কয়াগী মতিক পেঙবগ'— অতুগা (বাখল তৌনা) ঐগী এহিমানা ঐবু হুন্দোক্লুনা মথা তমথবা চংলক্লগনি— হে লোৎদনা! লোংদখা লাইনা ঐগী প্রতিমাবু উৎন্দবদি তন্নোই— ঐগী লগী পুম্বা থিংখিবদি য়াই— অপাম সুংশিগী ঈচেন্দা বাংনা চেনখিরকপা শ্যামগী প্রতিমাবু উৎন্দবদি লোংদখা কনানা উৎন্দবা তন্নোই। ঐগী খম্মোয়দা অদুম লেংদনা লেপ্লি।

(শ্যামা মচিমা অদুম্না মথবায় সুংডাইতনা বাখলগী বারেং অথা লেংথরকই। নন্দ, শেখর, খোমি মখোয় অমমমতা ওইনা চংলক্লুনা য়াম্না নিংতম নিংতমদনা লেপত্নুনা হেংনক্নি।)

নাম্মিবা মালংস্থ মরুপ ওইখি। বসন্তগী মেমিং কয়াম্স্থ উকথ্রে—খোম্নৌবী হরি কয়াগী খোম্থাংম্স্থ তাঙথ্রে। পুম্নমক ফংলি ঐগী থম্মোয়না, ঙম্লোই বৈদস্থ নোংদম্বা মানা ঐগী প্রতিমাবু উংন্দবা— থম্লি ঐগী মোল্লাংখাদা মাগী মুংশি পত্রগা চেংনা চান্না মাগী মুর্তিগা লোয়ননা—(প্রেমি ইমু'দা পর-পরপ চংখি)

তাইবংবু উত্রবা ঐগী মিংনা তংতনা মেংলি, ঐগী থম্মোয়বু শুমহৎপ্রবী মাগী চেংলৌদো—

শেখর—(য়ান্না চাক্লা মখুংনা শ্যামদা খিক্লগা) ওঃ শ্যাম! কয়ম্বা যোগমায়াগী শাম্মোম্নো? ঐগী শ্যামগী মঙলান্দা সনরিক পারেং শিন্দম্নে। শোয়রবোই মাংথ্রনি মিকপ্নরক্রে—

(শেখরগী থম্মোয় শোকপা খোনকম অছু তাবদা শাম্ম পর-পরপ চংখিগে ভোই। মহুদা ছুশিল্লি। নন্দনা শাম্বু শোম্নংম্পিরগা শমছুনা চংমিন্নখি। প্রেমিনা মুপীগী ফোটো চিঠি অমগা পাম্নরগা মেংল মেংলছুনা থোরকই। অছুপা মেংমিম্নৈ।)

ঐগী শ্যামগী প্রতিমা!

প্রেমি—(থম্মোয় শোক্লা) ঐগী শ্যাম্না অপাম-মুংশি ঈচেন্দা তাউ 'শাম্নরবা— হোঙ্কিক্লা কদায়—

শেখর—(চিঠি কাক্তোক্লগা) ঐগী শ্যাম্না অসিগুম্বা তাইবংগী খোঙচম্ভা—

(শেখরনা চিঠি অহু পাখরকই। শেখরনা পাবা হৌরকপদা ধ্রপ্রামি নোকখেৎ তৌরকই। অহুবু শেখরনা অহুম পাথরকই।)

চিঠিগী মরোল—

চাম-থোইরবা ইবুংঙো—

ঙসি লাইবকথীবী নচম্না কলমগী মতেং লৌরদে হায়রগা করিগুম্বা রাহৈ খরদং কোংদোকচখিবনি। কন্দকী পরিক্ষা করম তৌখি ? সিট থংনদবনিনা ঈ পাউ অমতম্থ্ খঙজদ্রে। লাইবকথীবী নচনম্নীদি থোইনা অসোয়-অঙাম থাওখিদে। করিগুম্বা নঙনা পাশ তৌবা তারবদি মবখেক্ত মাননা লৌমিন্নদি। করিগুম্বা ডাক্তর তম্বা চংলবম্থ্ পুম্না চংমিন্নহনা ভংম থাবা লৈতবা কলক চাউবা তাইবংদা পুম্না খোঙদামিন্নসি। অহুগা অরোইবা ওইনা নচম্না হায়জগদবদি খরো কৌবী লৈরাংনা মবুংঙো খাজবু ঙাই-জবসে, অহিংগী লিক্লা চাহুনা মাংজবহুতদি থোকহনবি-গম্নুবো।

মহাকী প্রতিমা

(শেখরনা থম্মোয় শোক্লা চিঠি অহুদা য়েংই।)

থেম্মি—(থম্মোয় শোক্লা) ইবুংঙো মানা চন্দ্রাবলি কুঞ্জদা লৈথোকখিবগুম ঐগী শ্যাম্না মণ্ডলানগী ঈরোম্নুংদা লুপহুনা লৈখিবসিদা, শ্রীমতি রাধিকানা শেমজক্লবা লৈগী শ্যামবু শেগায় শেগায়হনা চায়থাররবগুম ঐগী শ্যামগী

শ্রুতিমানা শ্যামগী ওক্তা হুকচগনি থন্দুনা লেংজিবা লৈরাং পহেং অহুন্থ শোয়দনা উকুলক্তা তিন্নগনি— মাগী খম্মোয়না নোংদম্বা মাযু শোয়দনা মিন্দা ভৌরম্নগনি !

শেখর—অহুগদে প্রেমি ! তনৌমবী মাগী মাইথোং অহু আমাবম্যাগী অহিংগুম ময়্রনি। নিংবা কাইরবী মাগী খম্মোয়গী কেংখাখোম্না মালংলক্তা তিল্লম্নি। হে মোংদম্বা ঈশ্বর ! মহাক পেল্লো— নমিং লাউমা পাংখোক্তুনা য়েংলগা থেক্লা থেক্লা নোকহৌয়ো— (শাউনা) ইন্দোমচা, মহাক্তি পেল্লরনিদকে।— ঐগী মিংতগী শিন্থরিবা পীরাং অসি ব্রজ তাবগুম থাক্লা-লাউনা য়েংবিয়ো ইন্দোমচা ! ঐবুদি করিগী অস্থুম ৎহিমি ! নচাবুস্থ লৌশিনবিরো, নচাবুস্থ লৌশিনবিরো !

(শেখরনা প্রেমিদা তাথরকই।)

## লাইট ওফ

## ৬ শুবা দৃশ্য

মফম—মাধবকী য়ুম, ৱাঙ্গোল।

মতম—নুংথিল।

(মাঙ্গোলদা টেবল চৌকি লৈ, খোম্বা হন্নাওবা চৌকিদা ফমদুনা লৈ।)

খোম্বা—ঐখোয়গী ইবেম্মসে ওন্থোক্রা শিংখ্রেদা করিস্থু খৌ ইশা শাদনা পংশিনদুনা লৈশিনবন্নপা ঐখোয় খুন্না ইবুংঙোগী সম্পত্তি ভখায় হেক ফকখিদা। পেল্লিদা মচা নিঙোলগী মমল পামলুবা হিগোক খোন্রেদনা। (ইন্দু চংলকই।)

ইন্দু—তাখোম্বা, হিগোক খোকই হায়রিংবু করি তৌরবগে?

খোম্বা—ঐখোয় ইবেম্মা প্রেমিগী মমলদুনা ঐখোয় বাবুমচাপা ঐখোয় অনিগী অমম্মমদং অমুক লেপশিনসি হায়না থন্নখিবদুবু অদুক নিংশিংজরম্নিবা—

ইন্দু—(শাউরংনমা) ওন্থোক ওন্থোকপা, করি খোকই হায়দুনা—(ইন্দু চৌকিদা ফমথে) ঐখোয় অনিগীস্থু মেমসাহেব অনিদং লৈসিন্না তৌবনি। য়াদি য়াংদে কমদৌনি। মমল লৌরবদি লায়মদনা সম্পত্তি তুম্লেদনা।

খোম্বা—মৈতৈ সমাজ অসি চাউথংপা য়াম্লোই।

ইন্দু—কয়িগী ?

খোম্বা—জাতি অমগা জাতি অমগা অখোইবা তাম্নবদি চাউখৎ-নবগী মচাক অমনি। অমুদি নত্ত্রহৌনা ইজাতি মশেল অখোইবা তাম্নবদা নত্তবা নিঙোলশিংবু মমল য়াম্না শিংথরোমদা লৈখা তাক্লুবগী মশক্নি। হায়বদি ঐখোয় ইবুংঙোখোয়গুম্বনা ঐগী ইচদি মশক কক্নবীমি লুপা অস্সুক লৌদি। সমসম মেম্মাংখোয়দি লুপা অহুম লৌথি। ইশকম্বু ইথী থী, অসিগুম্বা বাথল থম্মরে অসিনি মীগী সমসম মেম্মদি লাইরহৌনা লুহোংবা ওমজন্নবদা লুপা মযুম্না লুহোংবা পামজহৌনা মতেং তৌনজবমি। মী লাইরবগী মতৌ অমু ইন্নাকথুনবা, লুপা লৈবা ওম্বা মীনম্ম চেক মশুম্ন্নে। মসিবু চাউথবা মতম চাউখৎপনি হায়সিরে ?

ইন্দু—তাখোম্বগী বাসিদি ওম্মোক্লা ঈকাইজরেদা!

খোম্বা—ইকাইকুম্নু ইবুংঙো, ঐনা হায়রিদি অমগী মতৌ অমনা তম্বা অসি মায়া পাম্মে হায়বনি। অদুবু অকবদা অন্নকপদি চাউখৎলি।

ইন্দু—অদুবুদি ঐখোয়দা খোক্লেদনা।

খোম্বা—অমগী মতৌ অমনা তম্নবদগী নিঙোলগী মংল লৌবা অসি চৎথবী ওইনা তৌনরক্লে। অদুম্না লৈহৌরোম্দগী লুপী ওইবাশিংবু লুপাদা মওং করাদা মমং বিরম্নরস্ত্ৰ লৌদিক্লি মখোয় মীকপ থোক্লে। লুপীবু য়োনবা লৈবগী চৎনবা অসিগী মথক্তা আইনগী অকনবা অথিংবা থমখ্রে।

ইন্দু—চুমগ্রেদা তাখোবা।

খোম্বা—চুবা নত্তে ঐখোয় মৈতৈ লমাকসে বং চুরবমে।

ইন্দু—ঐখোয়গী তাখোবসে শিনকম ওয়রবনি। কধিকা ওইগদবা মীনি।

খোম্বা—কদায়দগীনোদানো অঙাওবশিংবা অয় হা মতমদা অচুম্বদা হায়, অচুবা ঙাংবা মীবু কধি ওইবা তায়বদি অঙাওবশিংদু কধি মখল অমা ওইবা তারে।

ইন্দু—হোয়নে অচুম্বদা ঙাংলবদু মীচু অঙাওবনি হায়মে।

(খোম্বা চৌকিদগী হোগৎলকই।)

মাধব—ইবো ঙসিদি থবায়সে ওন্থোক্না হুংঙাইখিত্রে।

(চৌকিদা ফমথৈ।)

খোম্বা—ঐখোয় থুম্না ইবুংঙোবু কধি নিংশিংলুহনা—

মাধব—হন্দক দুগীমচাগী মমল পাম্লুবসিদি লৌম্নু লৌহৌদা—নিঙোলগী মমল হন্দুনা তাল্লকপসিদা মাল-চাং লোইনা তুমগ্রেবে খোম্বা। থাংখিবা শেলশিং, সম্পুত্তিশিং অহু কয়মা হল্লনপনি।

খোম্বা—থুম্না ইবুংঙোগী শেলমাং কুপথংপদা ঐখোয় থাবুমচাগা নচা খোম্বগদি— (মখা তাথদবা)

মাধব—মখোয় অশিবু কয়ি তৌরবগে?

খোম্বা—ঐখোয় অনিবু—

মাধব—(শাউন) নখোয় অনিবু কৰি তৌৰে হায়ৰা? কোৰ হায়ৰা মাদ্রো?

খোম্বা—ঐখোয় অনিসে (হায়ৰা ওবদবা) বা— চুক-বা হায়বহু শানবৰা খুমু অতৌবা অমা অনিৰং খোয়াং তৌহৌপত্রা হায়বা নিংশিংজরিবা।

মাধব—(শাউনা) ইহে— নখোয়সিদি কমাদা মখোং হুক্রিবনোনে, ইচাম্বুশীগী মশক উয়ওবা মতমগা কুইবনে, খোইমৌনপা খরা শাউগৎপনে।

খোম্বা—অহু ওইরগা খুরা ইবুংঙো, মুশীৰচাবু কোক লৌখৎমুনা চংখোক-চংশিল তৌহন্নগা লোইরেদবা।

ইন্দু—তাখোম্বা মচুনা মীগী মযাংদা কমদৌমায়ে।

মাধব—কমদৌ মায়ে নত্তে, হয়েংৰক মুশীৰচাগী মনাক্তা চৎলু-গদৌরিবনি।

খোম্বা—খুৰা ইবুংঙো ঐন্দু মাওয়গে, ঐন্দু ইচনদো উক্ত্রনিংই, উদবা মতম কুইরে।

মাধব—খুরা ইপা ইচা চৎলুগদৌরিবনি। অহুগনে খোম্বা, পুৰখি খিরেহে পাম্লবদৰনা কররা আংনি।

খোম্বা—কদায়দমী কত্তদি, ইচা নিঙোলবু মৰল লৌৰা হায়ৰদি শা-ৰণ য়োনবগুমনি। এঃ কনা ঈকাইবা থৰক্রিদা।

মাধব—চুপ্মেদো চুপ্মেদো, ঐগী খোম্বনা মীগী মাখল নৈরগ্নে ঐগী খোম্বা মীনি।

খোম্বা—ঐস্মু চংকনি। ইচম্না তাংব-শকপা মুংশিবদো তাদবা মঙম কুইরে।

মাধব—হয়েং কাওবা তাইগদহৎসি ওম্বোক্লা বানা খল্লবনিহে খোম্বা।

(মাধব, ইন্দু, খোম্বা ইমুংদা চংখি।)

## লাইট ওফ

## ৭ শুবা দৃশ্য

মকম—লম্বী।

মতম—অয়ুক।

(শেখর প্রেমি মথম্বায় মুংতাইতনা ম্বা তপ্পা তপ্পা তাংমচুনা লাকই।)

প্রেমি—প্রতিমা হায়ব্বিবী মুপীমচা অছ মশক-কাবু ম্বায়্বা কজেনে।

শেখর—ঐমী শ্যায়্বা লাইম্বিক তম্বা তোকপা অসি ওম্বোক্লমক মম্বুংতাইখিব্রে: ক্লাস অমতদা তশ্বিমহকপা প্রতিমাদা

এম, বি, বি, এস, পাশ তৌগ্রবা— করিগুম্বা থুদোংখীদুনা ইনাওগী পুন্সিনা মাংগ্রবদি !

প্রেমি—করি অমত্তা চিংনবিগনু, প্রতিমাগা শ্যামগা মখোয় অনিগী পুন্সি লৈপুন শেমদুনা চংঙ্গবনি।

শেখর—চুম্মী, অদুদৈ খেংনখি প্রতিমাগী কোটো, পাখি চিঠী। প্রতিমাগী খম্মোয়রবু ঐগী শ্যাম্মা হুরকখিবনি। মবুক লুথ্রেদা ঐগী শ্যাম— ময়াম্বা ঐবুস্ম কঁ অবগুম প্রতিমাবুম্ম !

প্রেমি—ঐখোয়গী শ্যাম্মু লাইবোই নিংবিবয়ো।

(নন্দ কিংনা পন্ন-পরপ লাকই।)

নন্দ - ইতৈমা শ্যাম্মু খেংনত্রিব্রা ?

প্রেমি—খেংনরে।

নন্দ— কদায়দা লৈহৌরবা ?

শেখর—প্রতিমানা ওরাং ডাক্তর তমলুবা খোক্লকপগা শ্যাম্মু লায়েংনি হায়দুনা পুখিরম্রে।

নন্দ—ঈনাক-কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচা-মত্ত হায়বসে করাদা পুকচেল চাউগ্রবনো। মবুংখোয়দি খত্তবদ্য অাংলা ?

প্রেমি—খত্তখি।

নন্দ—মমুংহুম্ম হায়দি খত্তদবা ওইরমায়ে এয়ারপোর্টতা মহাকম্ম প্রতিমাবু য়ীবা লাক্লম্মী, মখোয় অনিগী মওং অদুদা ঐখোয় যোকমিয়ম্বগা লাক্লবনি। প্রতিমাগী অাশাদা অপনবা অাথংবা থম্মোই হায়রকখি।

(মাধব, খোম্বা পন্ন-পরপ চংশিল্লকই।)

খোম্বা—ঐখোর ইবেম্মত্বু অঙাংমবীকা চেষ্টমগম্বা !

মাধব—চেম্নমম্নু মম্বারবনি। মশু কাউবদি হায়কুখিনুহে।
অসিদা চংলিবসিবু মুপীমচা নম্রবে !

খোম্বা—(মেংহুনা) মারি মারি।

মাধব—ঙাইখো হায়মুনে !

খোম্বা—(কোৎহুনা) ও মাংদা চংলিবসিবু ঐখোয় ইবেম্মা প্রেমি-
খোম নম্রো ? ঐখোয় খুরা ইবুংঙোনা ঙাইহখা হায়রিবে,
ও মমাংঙৈদোনা ভোম্রবনে, হায়ম-ভানবা ম্নারববে
লেপ্তবা ভোম্নম্নুও।

(প্রেমি, শেখর, নব মমাই নৈখোক্তুনা মেংনৈ। লেপতুনা
ঙাইরে। মাধব খোম্বা চংশিন্নকই।)

প্রেমি—(মুমা মেংলগা) ভাখোম্বা, কদায়দা চংহোইনো ?

মাধব—কদায় চংলূমি হায়বগে, ইচা উদবা কুইমুদনা নৈবা
ওমত্রে ইচা উনবা লাক্লিখমি।

(শেখর প্রেমিমা মাধবতা খুক্লম্মী।)

মাধব—ম্নারে ম্নারে।; (প্রেমিবু কোনখংপীবা)

খোম্বা—(শেখরবু কোনখৎলগা) ম্নারেনে ঐখোয় গাড়ী-বালা।
(নোক্লগা) হৈরেমা— কুরা দলানগী মথক্তা, গম্না খরুম্নু
নৈশং ভয়রুবী ঐখোয় ইবেম্মা প্রেমিবু নমহুনা হেক
মহেকখিদা। (মম্নাম পুম্না নোকমিন্নৈ)

মাধব—মাগী মাগী লাইবক্তা ভয়প্রবদম্ন মাবা নত্তেনে খোম্বা,
মসিনা হেক— নত্তে, মখোয়বু কদায় চংলিবনো ?

শেখর—(ঊকাইনা) আ ঐখোয়গী অচাং অমা মাংখিহনা—

মাধব—ঊকাইগনু, শেংনা শেংনা হায়ফুমে।

খোম্বা—মহুত্ত, ঐখোয় ইবেম্মবু অচাংবা পোরকয়রবে ?

প্রেমি—(নোক্লগা) পোন্দৌরে। ঐখোয় তাখোম্বা হায়বসিদিনে, ওস্তোক্লা শেংস্রে। অচাং হায়বদি ঐগী ইনাওহুপা মথিং উদবা অমা লৈরে, অহু গুরাংগগী থল্লক্কে হায়হনা থিনবনি।

মাধব—অহুদি লৈরবমা ?

শেখর—ডাক্তর পাশ তৌরবী লৈশাবী অমনা লায়েংউনি হায়হনা পুথিরম্লে।

খোম্বা—লৈশাবীহুদি কবি খোক্লবা জাংনো ?

প্রেমি—কবিমতা খোক্লদে। মহোশা লাইরিক তম্মিন্নরগনি, মাম্না লুবা ভিরৈ হায়।

মাধব—অহুদি ভাব অমনিহে।

প্রেমি—ঐখোয়সু ভাব অমনি হায়না অহুম থৌরে।

নন্দ—(নোকপেং তৌরগা) মামা, ঐখোয়গী ইতৈমসে পুবিখিনুকো, ঐখোয়দি ইমাবি হায়হনা লৈনরবনি। ওস্তোক্লা হুংশি-নস্ত্রে।

মাধব—পুৱরোই পুৱরোই, মহোশা থম্না লৈনখিবা হায়বনে হেক থাজত্রিবনিসে।

খোম্বা—'মেকেকেং তৌরগা পুৱরোই পুৱরোই, (মাধবতা মরাপ মেংলগা) ঐখোয় খুম্না ইবুংঙোনে মনা লেকথরবন্দে,

মমাংগীদোনা তৌরবনে। নিঙোল মমল পামলুবদগী য়ামাং তেক্লবনে।

মাধব—ঐগী খোমনবু ময়াম্নিংদ্রে। ঐঙোন্দা পাউতাক-ও করি-ও অমুক্তোইবা লোইদ্রে। মমাংগীদা নিঙোল মমল লৌনরমদে। মৈতৈ সমাজ লৈখ্রা তারে। মহাক মখৈ নিঙোলগী মমল লৌবা হায়বসে অখোইবা তান্নবনি হায়না লৌরে। মতু ঐগী অরানবা রাখলনি। নিঙোল মমল লৌবা হায়বসি নিঙোল পিবা মুংশিনদনবগী খৌশল অমনি।

(ইবোমচা কিংনা চংশিল্লকই।)

ইবোমচা—শ্যাম্বু য়াংগ্রবা!

শেখর—ঐখোয়গী শ্যাম য়াংদে।

ইবোমচা—অদুদি কদায়?

শেখর—লায়েংবা চৎখ্রে।

ইবোমচা—ইতোন্না খরা কাইখি হায়দুনা কাগী তৌখিদ্রা?

শেখর—কাগী নত্তে, প্রতিমাবা পুদুনা চৎখ্রে।

ইবোমচা—(কাংবত্তা থুকুমগা) ইবাইবু কদোমদা লেংবিক্লবনো?

মাধব—(ওক্তনা) অতাংশিং উনবা কুইদুনা—

ইবোমচা—অতাংশিং য়ায়া লুংডাইদ্রি। ইবাইদনবু পেন্দবদগী পংবা মরাবৌবা, ঐখোয়মিদদি মাবুদা মহায়নদ্রে। মাবুতা

মশোয়রগে। কল্লে কল্লে এঙ্গী ইমোসে। মতম অমমদি ইবাই মন্দোমচা ওক্তবীহুগী থুজিন্দগী ইচাশিংগী মকমদা শা-ভাগী লৌচং থরা চংগে। (শেখরদা ওনশিন্নগা) শেখর, নহাক্না ইভোনবু অমুক্তা চাকশিন্নু।

শেখর—থুরাংভোম্না করিগী লাঙ্গুদগে নচানা পঙ্হুনা লানখিবা চাঙনি।

(শেখরনা ইবোমচা থুকপী।)

ইবোমচা—ইচাশিংগী মরাম করিদ্ধ লৈতে। ওক্তবী থুগীগী থুজিন চংলুকননি। ঐনা পোকচবা ইচানা অমা নত্তে, নখোয়না অমা নত্তে। নুংশিননা চান্নমা লৈমিন্নবা হিংমিন্নবনা মীওইবা ঐখোয়গী অথোইবা ধর্ম্ম ওইরম্নে।

নন্দ—(জেবগী চিঠি অমা লৌথোক্লগা) ভামো, মী অমখক্তা ভামোদা পীবু চায়হুনা চিঠি অমা পীরম্মী।

শেখর—অদুদি পাথরকউ।

(নন্দনা চিঠিদু কাক্লগা পারকই, মরাম হক্তা ভাঙ্গি।)

নন্দ—(চিঠি পাবা) ইন্দোমচাগী ইবুংঙো শ্যাম, শেখর, নখোয় অনিনা ইন্দোমচাগী ইরানগে থরা ভংকদ্রে। শ্যামবু হরানবা শিহুনা, শ্যামনা সংসারগী অমম-অভাজবু উংন্দবদু ইন্দোমচাগী ইরাননি। ঐনা পোকপা নন্দনা ইচাদি, নখোয় অনিমা অতোপ্পনি হায়না থজুবা ইন্দোমচাগী ইরামি। অদুগা ইন্দোমচানা চিঠি ওইনা থোংদোকখিবা

অহৌবী হুংগাইবা অহ্ নকমা মিচোলগী মথল ওইরগে।
(শেখর, প্রেমিলা বাখনতা চুকখী।)

মাধব—মেম্চোই সুশীলচা, ইপা ইচানি নকথবা মিতুদে পাংলবনি। হুংগাইবে ইচাগী মতো উবদা— নবেম নকুপী লেখা কায়দবা পুক্সি হুংগাংবা ওইনুকো।

খোম্বা—(নোকুম্না) হা-হা-হা, ঐখোয় চুমা ইবুংতো মচা মিচোলবী মথল কংলে। খামুকচা ঐখোয় অনিমীন্দ্র থমবা অমুক মাথক্রে। (মমাম থোকখিরে।)

লোইরবা

# চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন্দা মনা ফংগ্রবা লাইরিক

## রঘুমণি

১। অঙাংগী পঞ্চ-তন্ত্র
২। লৈবাকী গান্ডী
৩। ভাগবতকী ৱারী
৪। পঞ্চ-তন্ত্রগী ৱারী খরা
৫। লমজিংবা
৬। কান্নবা ৱারী খরা ( অহানবা শরুক )
৭। কান্নবা ৱারী খরা ( অনিশুবা শরুক )
। উপনিষদকী ৱারী
৯। মরুপ কান্নবা
১০। কেশকী ফল
১১। মচিল-মৌপরা
১২। তুলসী

## ইবোতোম্বী

১। ইমাগী ইবুংঙো
২। মকু ইবুংঙো

## নন্দো

১। বিজ্ঞানদি খবক্তি
২। লমজিং বিজ্ঞান

## মেবলা দেবী

১। খঙবদা কান্নবা